# ঐংগীট

# নাহৈরোল

অইবাঃ

তোঞ্জাও মৈদিংঙু

* অফোঙবাঃ সোইবমচা সুরজিৎ মোইরাং।

* খোমজিনবাঃ *ইউনিভর্সেল থৌদোক্রোন রিছার্চ সেন্তর* ,তেকচম লৈকাই,
মৈদিংঙু লৈবক, ৱাংজিং মণিপুর -৭৯৫১৪৮

* অইবাঃ- তোঙ্গাও মৈদিংঙু।



* লাই য়েকপাঃ- এন রাজিব মৈতৈ

* পাফলগী দিজাইন পুথোকপাঃ তোঙ্গাও মৈদিংঙু।

* লাইরিক মশীং- ৫০০(কোপি)

* চৈচৎ-২৫।৫। ১৯৯৯ ইং

* মমল- লুপা ----------



***Printed at***- Advanced Offser Printer Irawat Bhawan, B.T.Road Imphal

# ঐগী পূক্নীংগী ৱা

*নাহৈবোল* কৌবা লাইবিক অসি *হুং হযি সিদবা লাইলেল, অতিযা সনা মত়ী,* পাখংবা, নুবালেম্বী, লৈমলেল সিদবী, চিংঙু লিক্লম মঙাম্নী, ইবাং থৌনি লাইসোল থৌনিবোলগী থৌরাম্ন। লোইননা তাঁইবঙগী পোকপা সিবা (সিংগুম্বা) হিংলিঙৈগী চংন লমদাং ইপানাং ইপুনাংকী ওইবা লাইনিং খুদা ইবাং থৌনি থৌবমগী লাইবিক্লি। ঐনা থেংনদবনা ইবাং লাইসোনগী লাইবিকসি, অখঙ অহৈ মাইচৌ মাইনৌ ওঝা মকসিংগা তান্নদুনা লৈবা মতম কুইবে। চিংউনা পিবিবা পাওতাক্কী মতুং ইন্না কবম্বা ওঝা মকসিংনা লাইবিক অসিমক্তং ফোংবিবকলবদি যাইফগনিদা হাযদুনা খন্দুনা লৈকবনি। অদুবু হৌজিক্কী মথৌদা থৌবমদা লাইসোন তিনসোন চংবা লাইবিক *নাহৈবোল* অসি পুথোক্লবা, *ইউনিভর্সেল থৌদোকলোন বিছার্চ সেন্তব,* ৱাংজিং তেকচম লৈকাযদা লৈবা মযাই সংলেনগী লুপ অসিদা থাগৎচবনি। লুপ অসিনা তবাম্না যাবীবগা লোযননা, অঙম্বা মতেং পাংবীদুনা থৌনা ফনা নম্মুবো তাকপীবে। অদুবু লুবিবদি মৈতৈ মযেক পুযাগী লিক্লম লিখুন্দি ওইদবনা মীবোন মযেক্কী চংনবীদা লেপখি।

লাইবিক অসি ফোংনবা *হোৎনবকপদা ইউনিভর্সেল থৌদোকলোন বিছার্চ সেন্তব, ৱাংজিং* গী সংলেন্দা খন্নববগী তুংদা লাইবিক অসি ইনবা হোৎনবদা নৈনখিবা লাইবিকসিংঃ-হৈকৎ লৈকৎ ইবাং থৌনি লিক্লম। পুৱাবি খাবী থিবেন থৌনিবোল লমজিং লমজিং লমতাকপিদুনা মহৈগী লাইবেম্বী পলেম ইমাবু ইবাং থৌনিজবগা লুপ অসিনা খোমজিন তাসিঞ্জবগা পুথোকচবনি। যেক সলাই চাসিংনা অসিগুম্বা ইবৈপাক্কী ইবাং লাইসোল লাইবোলবু পাবীবদা থৌবমদা অসোই অঙাম যাওববসু তাকপিবক্লবদি মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচনবগী অযাবদু সালৈলোম্বনা চবৈ ফিগাও সানা যাজবি।

অবোইবদা ফোংবীনবা হাযজবদা যাবীবক্লবা সোইবমচা সুবজিৎ মোইবাংবু অমসুং এডভান্স ওফসেট প্রিন্তবস, প্রেস , ইম্ফালনা থৱাই হকচাং যাওনা চেকসিন্না হোৎবিখি। লোযননা তেংবাং পিবিবকপা পুন্নমকপু , সিঙমদ্রবা লমনসিংবু সিংথাজবি। যাইফবে। যাইফবে।

অইবাঃ

*তোঞ্জাও মৈদিংঙু।*

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী ইয়াম্বা তোঞ্জাও মৈদিংঙুনা ইবা নাহৈরোল কৌবা লাইরিক অসি পাজবে। নাহৈরোল লাইসোল ইরাৎ থৌনি অমসুং পোকপা সিবা থৌরম পবেংসিং সুনা য়াওরে হায়না খল্লি। ঐখোইনা পামজবা মতমদা মৈতৈ য়েক সলাইগী যাম্না কান্নববা লাইনিং খুদা, ইরাৎ লাইসোল থৌরমদা ইবা লাইরিকনি। তুংদা হৌবক্লিবা নহারোলশিংগী চৎনবী লিক্রম ইসাগী ইথৌ লাইনিং লাইসোলগী মচাক অমনি তৎন-থান য়দবনি খল্লি। ঐখোইনা লাইরিক অসিগী মতিক ময়াই হাপ্লিবা পুম্নমক লুপ অসিতা নত্তে, অতোপ অতোপ্পা লমদমশিংদগী অখঙ-অহৈ অয়াম্বসু লাইরিক অসিদা মতেং পাংবীরমগনি থাজে । ঐগী পুক্লিংদা অৱাবা ওইবদি, ময়েক লাইয়েক পুয়া লিখুন নত্তবা অসিদংনি। অমবোমদা মতমগী চৎনবী য়াওনদা হোৎনবীরকপা অসিবু থাগত্তবা ঙমদে। মতুংদসু মতিক ময়াই লৈবা লাইরিকসিং পুথোকপিনবা পুক্লিং চিংসিনজরি অইববু।।

তাং২৭/৭/৯৯ ইং

রাইখোম রোমেন
থৌবাল।

# ইন্নাই ইনিল

তোঞ্জাও মৈদিংঙুনা ইথোকপা, নাহৈরোল ইরাৎ থৌনি, চিংঙু লিক্লম মঙা অমসুং পোকপা সিবা ইরাৎ থৌরমসি পাজরে, ঐখোয়না পাজবা মতমদা মৈতৈ য়েক সলাইগী কাঙলুপকী ওইনদি য়াম্না হকচিনবা কান্নরবা লাইনিং খুদা ইরাৎ লাইসোন থৌবমদা ইবা লাইবিক্লি। তুংদা হৌগৎলক্লিবা নহারোলসিংগী চৎনবী লিক্লম ইসাগী ইথৌ, লাইনিং লাইসোনগী মচাক অমনি। তৎন থানা য়াদবনি খল্লি। ঐখোয়না লাইরিক অসিগী মতিক ময়াইদি পুকোক্কী মরু ওইবা পুম্নমক না হাপ্পীবা লোন্নি। লুপ অসিতা নত্তে, অতোপ অতোপ্পা অখঙ অয়াম্বসু লাইরিক অসিগী খুৎই ন্নাহৈদা মংওই তুংওইন্নখিবশিং চুমথোক্লবা খন্না-নৈনবীখিবা, লাইনিংবু পামজবসিং পুম্বগী মাইকৈগী ওইনা অইববু মখল মখেল থৌরমগী লাইরিকসিংবু ইথোকপীবা অইববু থাগৎপা ফোংদোকচরী য়াইফরে।

*তরেৎকী সেনজা মত্তে পাংবীরকপা মীংলেনসিং মখাদা পীজরিঃ-*

| | | |
|---|---|---|
| ১। | এল জিবোলতা লৈমা | য়াইস্কুল পুলিসলেন, ইম্ফাল। |
| ২। | হিজম প্রিয়োকুমাব মৈতৈ | ন্নাংজিং সোরোকখাইবম লৈকাই। |
| ৩। | খুমনচা মাইবম লোখোন | ন্নাংজিং সোরোকখাইবম লৈকাই। |
| ৪। | নোংথে নবম নিমাই মৈতৈ | ন্নাংজিং সোরোকখাইবম লৈকাই। |
| ৫। | অসাংবম রাজেন্দ্র মৈতৈ | ন্নাংজিং তেকচম লৈকাই। |
| ৬। | খোইস্নাম ভুবোন মৈতৈ | উরিপোক, ইম্ফাল। |
| ৭। | মাইবম কুল্লা মৈতৈ | থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাই। |
| ৮। | ককয়েনপাইবম নিংথেমজাও | কোন্থৌজম মখা লৈকাই। |
| ৯। | স্মচেৎসাবম চৌরজিৎ | ন্নাংজিং সোরোকখাইবম লৈকাই। |

# অফোঙবগী ৱারোল খরদং

নাহৈবোল কৌবা লাইবিক অসি চিংঙু লিক্লম মঙাগী  ইবাৎ লাইসোল, যেলহৌঙৈদগী হৌনা চৎনবকপা ৱাবীবু মতমগী ওইনা থাগোন্নবক্লবসু যান্নবা মওংদা চংসিল্লকপনা হৌজিক থিজিনবগী মতম লাক্লবনা অবিবা পুযাগী লিক্লস্পু খোমজিনবীবদুনা ইবৈপাক্কী থৌগল তৌবীবিবা অমসুং পাম্বীবিবা নহাবোলগী তেংবাংবতা নত্তনা তুংগী মীবোন্দা মপুং ফাবোইদবনা অসিগুম্বা লাইবিক কযাবু ফোংদোক্লগা ইবৈপাক্কী থৌগল তৌজবদা ইমালোন, মৈতৈলোন, মৈতৈ লৈমা পলেমগী থৌবৈ থৌবমবু তেংবাংবীযু হন্না হন্না নিজবি। লাইবিক অসিতা নত্তনা যেলহৌঙৈদগী চৎনবস্পা ৱাবী কয়াসু মথং মথং থৌনিবোল মখল খুদিংগী ওইনা খনবীদুনা অসিগুম্বা কযাসু পুথোকপীবক্লবা অইবা তোঞ্জাও মৈদিংঙুবু , থৌবম্মু লেপ্পা লৈতনা হোৎনবীনবা, মপুদা থৌনিজবী। যাইফবে।

চৈচৈৎ ২৫।৫।৯৯

*সোইবমচা সুবজিৎ মোইবাং*
*ৱাংজিং সোবোকখাইবম লৈকাই*

## মনুংগী লমায়সিংদা

# চিংউ খোইয়ুম হৌদোক্লবা মিংখে

*লাইৱাঃ*

হুঁ সিদবগী লাংদি সনানি,
সিদবগী লাংদি লুপানি,
সিদবীগী ওইরোম থাংবা খুৎনা
সদল্ ওই সিদবগী খুৎসু থাংনা
কক্লবদা মাংফদ্রবা ইনিনা য়েক ৭
ওইখি সিদবনা সনাজিং কাদুনা
হাইজিল ৱাবু হাইখিবনা হাইদোক
ৱাসু হাইখিয়ে।।

## কোনয়াইরোল

নোংপোক ৱাইরং লম্মা হৌরো। থাগী থরৈবু লম্না হৌরো। নোংচুপকী লমলৈবু লম্মা হৌরো। অৱাংগী থংমাইবু লম্না হৌরো। ইকৌরোল লোল ৬ মক। ইমুরোল রোল ৬ মক লৈথক লৈখাদা লৈবা লাই ওঃ লম্মা হৌরো। হৌ কংলৈগী মপু (ৱাংজিংনিংথৌ) ইবুঙো ইবেম্মা, লম্মা হৌরো। লমলৈমদি অনি থোক তুনেম্বদি অহুম থোক, লৈখাম্বী লৈবাংবী। অপোক চনু থাংডোই য়াংওইবী তমপাক লৈসুক লৈসোই য়াম্বী। ঐবু সিজবা হে ইবুংঙো নোংথৌলেন মিংলেন মিকাপ মীৱাই লেন হায় হৈ লৌ হৈ (মিং) কোরৌগী অপানবনা মলেম লৈদা তাই। মালেম লৈসা অঙাংবনা কোরৌ নোংদা তাইরবনী হৌ হৌ হৌ।।

কৌরৌগী অপানবনা মালেম লৈদা তইঙমদ্রে। মালেম লৈসনা অঙাংবনা কোরৌ নোংদা তাইঙমদ্রে হৌ হৌ হৌ।। হাইরগা খুকাপ ৩ লক ইসিংদা কাপকনি।। লাইব্রা অসি ইকৌরোলদা সনা লুপা লাইদা কোনয়াই কৎনবনি।।

লাইব্রা অসি ইকৌরোলদা সনা লুপা লাইদা কোনয়াই কৎনবনি।

# ইকৌরোল

হা উং নহালনোং অতিংঙানা অতিংকোক্লা অতিংখম্না, তরাং ওইরিঙে, অমম্বা সিদবনা, হু হাইনা ঙংলিঙে, উং হাইনা খুন্নকখীবী। "সিদবগী খয়াত্তগী কোঙ্গোল ওইনা য়েং হায়না চেষ্টারকখিবী **লাইজা য়ি মরু সেংথোইবী** নুংজেং লমফেল পুমলেন কোংবা মৈরোম্বীনে লোক্তাক তানখা লৈতাং লাইজা ইরু ইসেং তারেৎমকপু (নদাইরেম) নচানসু নসাগী। নসা লাংওননা কৌজরীয়ে।। লাইজা য়িরু ঈসেং তরেৎমক, খাখোং লাইখোং মরোংখোং কোংবা পুমসাইখোং কুমসুখোং ময়াইখোং নুংখোং, খোংগী গোংলম তবেৎ মক্তা চেষ্টুবিরকতুনা য়িরোক অসুকপা য়িরোক পুংসিদা পুনবীবো। হাউং হায়েং।। তাইরেলনা পুংফাইনা নাপুনা নাসেংনা নাপিনা শিংবীনা লৌদ্রেনা তৌদ্রেনা উখোক্লা ব্রাকোক্লা সিদ য়াইনা নাদ য়াইনা হায়বু হায়দোক্লবনি সেংবু সেংদোক্লবনি। তিলমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা তিব্রজা ফত্তবা লাইচা ফত্তবা পুম্নমক লৈরগনু হাউং হায়েং।। তাইরেল পুংফাইনা হকচাং সেংদোক্কনি।

কোনয়াই হৈজাংনা হৈনিংনা হৈখানা নোংথৌ লৈমনা উরিকনা হৈমাংনা লমতা থাংজগী ঙাপ্রম্না কুরাও অঙৌবনা । সুপ্না তাইনা হৈয়াইনা হৈনৌনা হাইবু হায়দোক্লবনি, তিল লৈরগনো লাই লৈরগনো ইবুংঙো ইবেম্মা চাইথরক্লবনি সনা ফম্বালবু সেংলকলবনি। সনা সঙ্গাইবু সেংলকলবনি, তুরৈ লিসাং সিৎনসু সেংলবনি। হাউং হায়েং।।

*নুমিৎকী নাহৈরোলঃ*-উং হৈ উং হৈ উং হৈ উং হৈ কেয়োইগা মেনগা য়াইগা থৌরি থৌয়া লাংবু থৌরি থৌদিল লাংবু থৌরি থাবা পোংথৌ তম্লী থাবা মাবু লান্নংদে। নুমিৎ পোংথৌ তম্লি নুমিৎ মাবু লান্নংদে। য়াব্রা কোংথাংসাগীপোংথৌ মথং পিজগে কুমজা পাল্লো থৌগে, নোংজা পাল্লো থৌগে ঙাল্লরে তেররে উং হৈ উং হৈ।

হে ইবুংঙো সনা ফম্বালথক্তা ঙচ্ছোইরিবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো পাখংবা, ময়াম্লুং সনামহী, ময়াম্লুং মৈ মচল নুরা লেম্বী লৈমলেন সিদবী ইবুংঙো ইবেম্মা মঙা(৫)মক্লা,তেংবানবগী মপু সিদবগী মসক লেপ্লিবা পুম্নমক (নদাইরেম) (নচা নসু ) (নসাগী

নসা) (লাংওন)(ব্রাকম) না কৌজরিয়ে। পুথাং কোক্লা চৎনরম্বা পথাং কোক্লা সিজিন্নরম্বা পরম পুরুম চৎ অচেৎপা। ইবুংঙো ইবেম্মা ইরাৎ থৌরমবু। নদাইরেং নচা (নসু), (নসাগী নসা লাংওন)(ব্রাকম) না খণ্ডদবা মমি তম উদবা মপা লাক্লা লাৎচববু লৎন থোং থিংবীগনু অচংথোং হাংবীয়ু সনাগী ফম্বালদা ঙচ্ছোইবীয়ু হাউং হায়েং॥

## পাখংবগী মিংখৈ ॥ (১)

অঞ্জি হুং উং অঞ্জি হুং উং অঞ্জি হুং উন ॥ নেম্মা ঙাংনা থোক্তে মঙাং ইবুংঙো কৌএ। নচুদি মেলৈনি নবুক্লা লৈকানি। নেম্মা ব্রাংনা কারক্লে হাইবগী লুব্রাং ইবুংঙো কৌএ। নচুনা খোংগন্নি নবুক্লা জমেন্নি। নেমনা খুন তাখ্রে হায়দুনা খুমন ইবুংঙো কৌএ। নচুনা নান্নিনি নবুক্লা ককলৈনি। অসেংবা নংনা সেংবগুম সেংবীয়ু অঙানবা নংনা ঙানবগুম ঙানবিয়ু চিংঙু ইবুংঙো মক অহুম্মক্কী মশক ওইরিবা ফিদুপ অহুমসুবা হে ইবুংঙো অঞ্জি সিদবা ফম্বালদা লেংসিনবিয়ু। হে ইবুংঙো নুমিৎকী মসেক্তগী থোরকঙৈগী মীরাৎ সরাৎ কৌএ। ইসিংদগী থোরকঙৈদনা তোরৈ থৌগুন কৌএ। নুংজেংদা লৈরিঙৈগী মিংদি রিহিং বিহোং কৌই। সনাগী ফম্বাল লাংলবদি নুংসি পৌ-ইরৈ-কৌই । কংলা মেন তোংলবদি লৈকোই মপু কৌই। নহা ইরিঙৈগী নমিংদি লাইয়োলবা লাং অনৌবা কৌএ। কংলা কুচু লম্বী চিংদা ব্রায়েল থৌদারবদি পাখৌ থাং কৌই। চুম্নরম লাইরেম্বী ল্যাল্লা ও ঙম্বা লাওববদি পরিৎ থাং পরিৎখোং থাং কৌই॥ ইবুংঙো নহাক্লা ফম্বাল লৌঙৈদা পচ্ছৌনা পীবা থাংদি অঞ্জি মক য়াইবীরেন থাং কৌই॥ ইবুংঙো নহাক্লা তাইবং মীগী থব্রাই য়াইবী হাপ্পা মতমদা পাইনা থাংদি পাখৌ থাং কৌই॥ ইবুংঙো নহাক্কী লাইচৎ সাইওন লাংওন তরামকপু সকচা সোনজারকলে (নচা নসু ওইবা নসাগী নসা লাংওনা) ওইবা সিংবু তিনকোক্ল বীরমম্মো, লাইকোকনবীরমমু, তিনসেংনবীরম্মু॥ লাইসেংনবীয়ু। অকাবদা অকাবা পীনবীবম্মু হাং উং হায়েং॥

## পাখংবা লাইচৎ লাংওন ১০॥

হে ইবুংঙো নহাক্লা অহানবা লাইচৎ লাংওনলকপদি লাইনা লাই ওইনা লাংওনলকলে॥ অনিশুবা ইবুংঙো নহাক্ল লাইচৎ লাংঙোল্লকপদি কয়েন য়েন ওইনা লাংওনলকএ॥ ইবুংঙো নহাক্লা অহুমসুবা লাইচৎ লাংওনলকপদি তেংবানবদা লৈরীবা খ্বাই খিবীকপু ঙানবীগে হাইবগীদমক্তা ঙানু ওইনা লাংওনলকএ॥ ইবুংঙো নহাক্লা মরিশুবা লাইচৎ

লাংওনলকপদি অপোকপাবু নোংদমলুবনা অসিবসু নোংদমগে হাইবগীদমক তাওবা হুই ওইনা লাংওনলকলে। ইবুংঙো নহাক্লা মঙাসুবা লাইচৎ লাংওলকপদি তেংবালবদা লৈরীবা অচৎ চৎতা য়াইবী পানবা পানদবা খিবীকপু ওকপিগে হাইবগীদমক্তা ইবুংঙো নহাক্লা ওকসারল ওইনা লাংওনখিয়ে। ইবুংঙো নহাক্লা তরুকশুবা লাইচৎ লাংওনলকপদি তাইবং নুংদা লৈবিবা অচৎ চৎতা খিবিকপু সিল্লম সিনতাকপিগে হায়বগীদমপু কাওরেন সন ওইনা লাংওনল্লকখি। ইবুংঙো তরেৎশুবা লাইচৎ লাংওনলকপদি ঈ পুম্নমক্কী মপুসু ইবুংঙো নহাকনী খংহল্লগে মতাগুম ইপুরোই ইরোই ওইনা লাংওনখি॥ ইবুংঙো নহাক্লা। নিপালসুবা লাইচৎ লাংওনখিবদি চাইনপুং মনুংদা হয়েন লান পুরেননি হাইবা খংনবা য়াংগোই সগোল ওইনা লাংওনখি। ইবুংঙো নহাক্লা মপালশুবা লাইচৎ লাংওনলকখিদি সামু হক মকপু ওইনা ওইবীগে হায়বগী সামু ওইনা লাংওনলকখি। ইবুংঙো নহাক্লা তরাসুবা লাইচৎ লাংওনলকপদি নুম তাইবং মী ওইনা লাংওনলক্তুনা তাইবঙ ইরিকচাসিংবু নাওকোনবিখিয়ে । ইবুংঙো নহাক্কী নতিক নয়াইনা তেংবানবদা লৈরিবা অচৎ চত্তা য়াইবী পানবা পানদবা পুম্নমকপু নাওকোনবীদুনা নপারী নমোমসিং নসাগী নসা লাংওনসিংবু অব্রা অনা কোকপীদুনা অমতা ওইনা নাওকোনবীরসে হাউং হয়েং॥

## সনা মহি মিংখৈ॥ (২)

রং সং তরং খুমন ইবুংঙো লাইনিংথৌ সনা মহি ফুহিংচি পিবরেল॥ হাইনা কৌবা ইবুঙো লেংসিংবীয়ু হুমনিগী মিংলেন্না পন্থৌ ফংই। হুমনিগী অঙাং হাইনসু খংনৈ। সম্থোং অপানবা , মোংবা হনবদা নোংপোক অপানবা কংলৈদনা, খুমন হাইনা লাক্লগা, ইপুধৌ পাখংবগী, য়েৎ থাং ওইথাং থৌগল্লীবা হে ইবুংঙো সনা ফম্বালদা ঙম্থোইবিরো॥

## মৈ লেংসিন্নবা মিংখৈ॥ (৩)

নেং নেং বী রি হুঁ লৈমলেল সিদবী। অঞ্জি মরু সিদবনা লুনা থিয়ে লাইনা ফংঙে। সনা মাললে লাইসনা নুংথংলেন অচিবা কৌবা ইবুংঙো লেংসিনবীয়ু॥ হে ইবুংঙো নহাক্লা মৈকাম লোকতা য়াথোকপা, সুগুনু নোংথোং ব্রাইবংদা মৈরিংবা ব্রাংখৈদা মৈহৌবা হে ইবুংঙো নোংদম্বা মপু লাংওন্না কংলৈ সুকতোং পুং ময়োল কায়দুনা লৈঙাক লৈকন বীবরো হাউং হায়েং॥

## নুরালেম্বী মিংখৈ লেংসিনবীয়ো।। (৪)

*ক্রৌ ক্রৌ ক্রৌ ভেং ভেং।।*

হে ইবেম্মা নুরালেম্বী, নুরালেম্বী নোংনোন জগোই সারে নোংথাং লৈমা অপাম লাংলে পাম্ব্রোইবী। লাইজা ইপাল লাংলে ইরাই লৈমা নোংদোন থক্তা লৈরে নোংদোন লাইরেম্বী তমফা লাইওইবী ফমবালদা লৈরে লাইম্না হাইনা থাগোন্নরিবী ইবেম্মা লেংসিনবীরো হাউং হায়েং।।

*মহৈগী লাইরেম্বীগী মিংখৈঃ*

অঞ্জিনু নুংগী নংমিংদি অঞ্জিনু কৌএ।।
মথানু নংগী নমিংদি মথানু কৌএ।।
লৈইনু নুংগী নমিংদি সিংদুমনু কৌএ।।

হে ইবেম্মা মাহৈগী লাইরেম্বী সিল্লেমা নহাক্লা (নদাইরেম নচা নসু নসাগী নসা লাংওন) না ঙসি পাংথোকলিবা থৌ খিবিক অসিবু অকাও পরৈনদবা য়ৈখাই থিনগাই লৈতনবা পিনবীয়ু হাউং হায়েং।

## সিদবী মৈতৈ লৈমগী মিংখৈ (৫)

লীং লীং হেং কীং কীং।
লীং লীং হিং নিং নিং।
নিং লীং নেং তিং তিং
লীং লীং লীং হীং হীং ইং ইং
লীং নীং সিং য়ীং রীং।।

হে ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা। মৈতৈ লৈমা ফম্বাল মখাদা সনাগী কোনফু তাখিবা। তাফরোই ফম্বান কাখংপীয়ু কোলোইদি চিংখৈ চনু ইখোং লৈমা কৌয়ে। মিৎসনা ফাজিন্নু সো মিংহিং চিংঙু মী তুমবাবা চংঙু ঙক থুম্না চংঙু মৈতৈ লৈমা ইমা

কৌরৌ মালেম লৈরোলনুং লাইজা ইরোল নুংদা লৈবসু মালং লক্তা লৈবা খিবিকসু চংহনবীদুনা অপুনবা সকতম পীনবীয়ো।। মৈতৈ লৈমা ফমবান ৱানে পাম্থৌবু ফানা (মীং) ৱানে চিং চিং চিরিক দে হিং নপ, চিংঙু লাই ওইবা খোইয়ুম লাই পুম্নমক পুল্লবনে হাঃ উঃ হায়েং।।

হে ইমা লৈমলেল সিদবী ইমা নহাক্না অহানবা লাংওনবদি লাইনুরা ওইখি। অনিশুবা লাংওনবদি নোংথাংলৈমা ওইখি। অহুমশুবা লাংওনবদা ইরাই লৈমা ওইখি। মরিশুবা লাংওনবদা লাংচিংনুবী ওইনা লাংওনখি। মঙাশুবা লাংওনবদা উমা নহা চিংচরোইবী ওইনখি। তরুকশুবা লাংওনবদা কুন্দো ওইনা লাংওনখি। তরেৎশুবা লাংওনলকপদি ইমোইনু ওইনা লাংওনদুনা কংলৈ সুকতোং পুং ময়োনদা ঙানবীথীবা ইবেম্মা নহাকপু চিংঙু মাইচৌ ফাথিবা সিংনা। হিপোকপী য়াইপোকপী হিখোম্বী য়াইখোম্বী হিকুবী য়াকুবী য়াইসনা হাইনা তেংথা নাওইরমই।। ইবেম্মা লৈমা ত রেৎমকসু সিদবী ইমাগী থৌজানদগী মপুগী থৌগন ফংবা পিনবীরমমু পীনবীরসি হাঃ উঃ হয়েং। তাইরেল পুংফাইনা লাইজ খিকয়েল চাইথোক্কনি।

## লাংকাইরোল মিংখৈ।।

লৈবুং অরেম্বা লাংবুং অপোইবা নোংনা নিংনা সর সর।। হুঁ লেল্লা পুক হাখ্রিং খ্রিং সো তরংদা লৈবা অবিক কৌবা মুরু লাং থাকপা লাং কাইবসু নংনি।। নোংপোক মাইকৈদা থাকপা লাং কাইরবনি।। মথক্কী লাইৱা অসিনা হন্না সোল্লাগা মাইকৈ খুদিংগী হাইগনি।। নোংচুপ মাইকৈসু কাইরবনি।। মখা মাইকৈসু কাইরবনি। অৱাং মাইকৈসু কাইরবনি।। কৌরৌ থকসু কাইরবনি। মাইকৈ মরি সুদাই তরাতরুকমকসু কাইরবনি। মালেম লৈরোন নুংসু কাইরবনি। মতমদুগী ইরাং থৌদসু কাইরবনি হাঃ উঃ হায়েং তাইরেল পুংফাইনা লাইজ খিকলেন চাইথে াক্কনি।

# অসোইববু কনবীনবা লাইব্রা

হে গোরো মো কৌবা সাবু ফাদুনা মরুগী ফাল্লুদা হাপ্পুনা কৎলবনি সোইরবা ৱানি সোইয়াম ৱানি। অসোইবা ৱাবু কনবা ৱানি সোইয়াম ৱানি। নপারী নমোমনা সোইখীবা লানখিবা খিবীক ঙাকপীয়ো হে ইবুংঙো হাউং হায়েং ঃ

## তেংপানবা মপু ইবুঙো মিংখৈ (৬)

হুঁ সিদবা মপু ইবুঙো সালেল
সাংপা পোকলেন পোকপা
লৈনুং কোমসিবা লাইলেন পোরোমথোক
নানৈবা নমিংদি কুপচিং ফিং কৌই।

*পম্বৌগী মীংলেনঃ-* মীংখৈতনা অৱা অনা খিবিক কোকচরগে থৌজাল লনকুবীবাম্মো হাঃ উঃ হায়েং ঃ

## অঞ্জি মরু য়াইবিরেন সিদবা মিংখৈ।।

য়েৎতা লৈবা নুংফেং কিং নাইবা, ওইদা, লৈবা নুফেং সাং নইবা, তুংদা লৈবা থাংলেন তুথবা মাংদা লৈবা থাংলেন য়াইফবা, থক্তা লৈবা ইঙাংলে মৈবুন থানবা খাদা লৈবা থোংঙালেনবা। মি তোং লেম তোং হুকপা অমুক সেম মতাও সাং থুপ ঙাং থুপ থুপ মি থুপ থুপ মি মা মি মো নিবে অমুবা বো রো নচুদি স্না ফুদোংবা মচু মানবা নমিংদি অঞ্জি মরু য়াইবীরেল সিদবা কৌবা। হে ইবুঙো ময়াই তাংবন লৌবীয়ো হা উং হায়েং ।।

চিংউ লাই মঙাগী মিংখৈ অসি মপুং ফারে। চিংউ খোইয়ুম লাইরেম্বী উমানহা চিংচ্রোইবী লাইনিংথৌ সনামহি, নফমলাংদা ঙসি কোরৌ য়াইফববা নুমিৎ য়েকচা (মীং) ঐখোইনা ইরাং থৌনিজরি। হে ইবেম্মা ইবুঙো নফমলাংদা হৈরাং পুংগা থোল লৈরাং পুগা থোল চয়ে ফিভম মৈরা তবেৎকী সেঞ্জা অমসুং অসংবা মরম ১০৮ অথেমপোৎ কৎচবি, সারেল লৈনা কৎচরি খৈনা মিৎয়েং তাবীরগা, অরিবনা খাদা থম

অনৌবনা হেক মাই কাহন বীরো। য়েৎনা লৈবা পরে ওইনা হন ওইনা লৈবা পরে য়েৎনা হল্লবনি। অথেমপোৎ মৈ কৎচরিবা পুমবা হৈগী হৈসকখংনা চিন্দমনবীয়ো। লৈগী লৈসক খংনা লৈচিননবীয়ো। চরৈ ফিভাম মসক খংনা ফিসেৎনবীয়ু। অদুগা সারেল চল্লিবা অদুনা লৈমরেলনা ফুহৌরগা। থোংগনি। চবি চাবান য়েংগনি। হয়ি সিদবী তুবী লয়ামগা কৎচরগা থৌনিজরগনি। নপারী নমোম য়েক, সলাই ৯ নসাগী নসা লাংওন ওইরকপা ওইরকপী পুম্ম মকপু থবাই য়াইবী চংনা পুন্সি নুংসাংনা পানবা থৌজাল লনকুবীয়ো থৌনিজগনি। চিংউ লাই মহাগী মসক লেপ্পা লোইরো ইরাৎ থৌনিবা মপুং ফারে ইকৌরোন্না লিক্লম মঙাগী।।

*লাংচিং নুবী ইরাৎ থৌনি ঃ- লাইব্রাঃ*

উরু রিক হং হং উরু রিক
লৈতিনখক নুবী সিংলুম
তিল্লিপোকপি তরংনু হোরিং
হো রিং নপ কৌয়ে।
ক্রপ হপ কৌয়ে চুপ নপ কৌয়ে।
ত্রং নপ কৌয়ে ত্রাং নোম লৈনপনু
লৈনপ্পী কৌয়ে। তরং নপ কৌয়ে
আ উক ত্রিটী কৌয়ে, থা য়ৌরে
চিংতর কৌয়ে হো পপ কৌয়ে।
কেলে কেলে চিংনুং নপ কৌয়ে।
আ আ আ আ আ আ মং
কুং কুং কুং কুং কুং কুং মং
রং লৈচিং মং রং।।

ৱাংজিং পুংদা য়াথোকপী। লাংচিং চিংদা খুম্থোকপী লাংচিং চিংদা তরাওখোল পিরিবী হে ইবেম্মা লাংচিংনুবী নংনা লমাংহনবীরো তুমাং হনবীরো তিং তিং তিং হক সাই।। (মীং).... (মিং) হাপকনি।

লাংচিং নুবীগী লাইব্রা অসি ১০৮ লক সোল্লবদি, খোইমোম সকতম উবা ফংগনি। নাহৈরোনদা উরিক্লা মপুং ওইগনি। সকতমগী পোৎলম হাইগে ১ লফু পাম্বী ২ নুংমপাল ৩ য়াইঙং অমুবা ৪ য়েন্দেম অমুবা ৫ খারম লৈসোক ৬ হৈক্রু,৭ লাসিংপাম্বী ৮ ফৌ পাম্বী ৯ সিংখা পাম্বী। পোৎলম মপল অসিনা সকতম সাগনি, ইরাৎ থৌরমগী চংদবা য়াদবা পোৎলমনী। লাংচিংনুবীগী ফানেক মচু কুমচল ফনেক্লি।ইন্নফি চরৈ ফি খুদা তেন সম তা থাং য়াওগনি। খয়োমগী পোৎলম লা লাতোন ৭/৯ য়েরুম ১ ঙানু মরুম ১ চেং খরা লাংথ্রে মতোন সনা লুপা য়াওগনি। পোৎ ফানখোংদা লা লোংগনি লাইরেম্বীগীনা অদুগা লাইনিংথৌগীনা য়েৎতা লা উপ্পা

থমগনি। চেং হৈ লৈ হাপকনি চানিং চেং হৈ লৈ হাপকনি। চামাংদসু অথেমপোৎ হৈ লৈ কৎচগনি।। চিংউ লিক্রম মঙাগী নাহৈ নাসেংলগা পাংথোকপা ইরাং থৌ চপ মান্ননা চৎকনি।মেরা থাগী ৮ নি পানবদা ইরাৎপিগনি। লাংচিংনুবী পলেম ইমাদি হুয়েন লাংচেং সাফবিনি লুচিংবীনি।

*ইমোইনু ইরাৎ থৌনি মিংখৈঃ*

লৈমালেল সিদবী লাংওন ওইরিবী
অচি তওবী অকোং কাংদবী
ইমোইনু অহোং অচাওবী
হুঁ পোকপী হুঁপোকপী তকুপ তকুপ হাওকুপ
হৈহিপুন তরেংচিং হীং থুপ থুপ
লয়োল্লাং তনৌবী ইমোইনু
অহোং অচাওবী লাইনিংথৌ
লাইরু সনা ফোনখুরেন কোনেক
সৌ চেংঙা চেংঙা চেংলৈনা
তরং তরংবা, ননমনা কাং অহিংবা
মনম নম্বা লৈসৌনা সৌবগুম
সৌবীয়ু, লৈঙোইনা হাবগুম হাবীয়ো।
তরা চানিংখাক্লা চাকসৌবী
ব্রাংলৈ য়েন্নিং খাক্লা য়েংনসৌবী
লৈমা তরেৎ লাংওন সাইওনবী
অয়ুক চরা নোংখাইবী
নুমিদাং চরা নোংদম্বী
মালেম চিথেক মরিদগী ইনগী
খুৎচিংলি চিংবগুম চিংসিনবীরকউ
পেগী সুপচিনবগুম সুপচিনবীরকউ
অরৈনু লৈসিনবীয়ো অহুমনু হুমজিনবীয়ো
হে ইমা ইমোইনু লাইনিংথৌ লাইরু
হে ইবেম্মা ইবুংঙো সনা নফমলাংদা
তাইবং নোংসাপানগী নাদাইরেম ব্রাকমনা
মানবী খুৎতপননা মুকমু লৈতোন কোন
কওবী চিরালুক মালেম থৌরৈ লৈকা পাইনা

চাংজৌ লৈপক্লনা খোইমোম নফম লাং
চেপনা লোন্না ইরাৎ থৌনিজরি ফম্বালথক্তা
ঙান্থোইবিয়ু হাউং হায়েং (খুরুমজরি)॥

ইমোইনু ইরাৎকী মিংখৈ অসি সোলগা নাহৈ নাসেংবা ইবাৎ লাইসোল চিংউ লিকলম মঙানা পাংথোক্কনী। চহি অমগী মপুংওইবা থা ৱাকচিংগী ১২ নি পানবা যাইফরবা নুমিৎ অসিনা মপুং ওই। লৈপাক্কী ওইবা ইবাৎ থৌনীবা অমা ইসাগী যেক সলাইগী ওইবা অমানা থৌনিবা য়াই। থৌরম অদুনা মী পুন্নমক থৌনিজবা লোইবগা, ঙাইহাক লৈবগা লাইরেম্বী ইমোইনুদা কৎলবা হৈরাং পুংগা থোন লৈবাং পুংগা খোল সাবেল লৈনা তুনা কৎ চরিবা পুম্ববু, হৈগী হৈসক খংনা চিন্দম্নবীয়ু। লৈগী লৈসক খংনা লৈচিন্নবীয়ু। চবৈ । ফঙাম মসক খংনা ফিজেৎনবীয়ু। মৈবা থৌগন কৎচবি কৎলবা অথেমপোৎ সাবেল অদু কাইথোক্লগা ফুহৌগনি থোল লোনবদি লৈমবেননা খোং লোনগদবনি অমুনবা অদু কৎচবগা, সারোই ঙাবোই লাইপুংথৌ মপলসু লৌইনা

যেক ৭ সু তম্নগনি খোইমোম লাইবেম্বীদা কৎলবা পুন্নমক, নমু তাইবংনা অমুক চিন্দম্নবা যাবগনি। লৈবাক অসিদা হিংলীবা পুম্বা লুনা নালনা পুন্সি নুংসাংনা পানবা খৌজাল লন কুবীবমমো। ললকুবীববনে। হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা হবি সিদবা॥

মথক্কী চিংউ লিক্লম মঙা অসি হাইবদি পাখংবা সনামাহি অতিয় নবালেম্বা। মৈতৈ লৈবা সিদবীগা ৫ অসিনা , থৱাই মঙানি মপুগা থাবগা ৬ সুবনা মঙাগী মসাদি অমনি, অমগী মসাগী মঙানী, হাইবীবা লিকলম অসিনা নাহৈ নাসেংবীগনি খোইযুম লাইগা লীক্লম কওফদে চেৎনা ইবাৎ থৌনিবীয়ো॥

*পুরৈরোম্বা নাহৈরোলঃ*

থৌবিতেং লোইবিতেং চকলৈঙান তংলৈঙান
ৱাচোনঙৈ উঙানঙৈ সিনসুঙৈ সানসুঙৈ
চরোইনা খোংতমঙৈ য়াম্বীনা থেক্তমঙৈ
হুইথৌনা চিফেংঙৈ কৈরেননা য়াথোকঙৈ
লংমাইনা লৈহনঙৈ লংমাই হুচিল হুইয়া অথৌবনা
থিনকাইঙৈ য়ৈখাইঙৈ সীংকুপ হৌ সিংকাইহৌ
পুরৈরোমবা অঙক অঙাও হৌরববু।
তমপাক লৈহৌ মাইবনা তাইরেন লোংনা পাইনা
লাইচা খিকফেন চাইরে।
পুরৈরোম্বানা মৱোল থোক্লে মরৈ থোক্লে



ইমোইনু ইমা অহোংবীগী সক্তম

খা ৱাং নোংপোক নোংচুপ চুকচি লাইচি পুন্বা
কেনা পাল্লো সেংলো হাউং হায়েং।।

লাইৱা অসি লাইরোন থোক্তবা মতমদা তিন্দাই লাইতাইনবা লাইরোল থোক্লবা সিজিন্নগনি, উরৈরোম মসানা মপুং ওইনা , তাইরেল পুংফাইনা নাহৈফুগী ইসিংদা লুপ্লগা সেংদোক হায়দোক্কনি। হাউং হায়েং ।।

## ইরাৎফু লাৎনবা পাফল




*তাংবল সেংদোকপা লাইসোলঃ- লাইৱা*

হে চিংঙু খোইমোম লাইরেম্বী
মালেম্মু পুবিরিবা মালেম ইমা লৈমলেল সিদবী।

খোইয়ুম লাইনিংথৌ মালেম তাইবং পানবগী মপু সিদবা,
ইরাৎ থৌনিগী তাংবল ফক থারগা
থম্মোই লাইয়ুম চেৎনা
খোইয়ুম লাইগী ইরাৎ থৌনিজগে
থৌজাল লানকুবীয়ো হাউং হায়ে।

মথক্কী ব্রাহে অসি হাইরগা লাই ইরাৎ থৌনিবদা (খুরুম্বদা )ফমগদৌরীবা ফিদা অদুদা তাইরেন মনা অমা পাইদুনা লাইজ খিকফেন চাইনা সেংদোক্কনী অদুগা ফিদা অদু খুৎনা সোক্নুনা লাইপক্তা অহুমলক কৎলগা ফমগদবনি। ফন্নবা মতুংদা খুবক্তা ইসিং খরা লৌদুনা হাপলগা খুৎসা সেংদোক্কনী। লাই ইরাৎপদা চংবা থৌরমসিং- কোন অমদা ঈসিং খরা হাপ্লু অদুগা ঈসিং অদুদা লৈ মনা অমা থাদৌ, লৈ থাদবা কোন অদু নমাংদা থম্লগা নখুৎ অমনা কোনগী মপানদা পাইদুনা মথাগী লাইমিং অসি সোলগদৌবনি।

*লাইমিং ঃ-* হে লাইজা লুনা লানা সেংলরি। অতিংঙানা অতিংকোক্লা অতিংখম্না তরং ওইরিঙে অমম্বা সিদবনা, হুঁ হাইনা ঙাংলিঙে। উং হাইনা খুন্নকখিবী সিদবগী থয়াততগী কোঙ্গোল ওইনা য়েং হায়না চেম্থারকখিবী। লাইজা য়ি মরু সেংথোইবী ইরাই লৈমা ইখে নিংথৌ নামুংবী তাইবং পানববু য়োকপীনবগীদমক মালেমদা খোংলম তরেৎ থোক্লা লৈখিবা লাইরেমা কোলোইদি, ১ খাখোং, ২ লাইখোং, ৩ মরোংখোং, ৪ কোংবা পুমসাইখোং, ৫ কুমসুখোং, ৬ ময়াইখোং, ৭ নুংখোং অসুম্না খোংলম তরেৎ থোক্লা লৈদুনা তাইবংবু য়োকপীরিবী হয়ি সিদবগী ইরাৎ থৌনিগী কৌজরিয়ে। ইরেন ফুদা পুনবীররো হাউং হায়েং॥

থৌরম অসি তৌবা মতমদা ঈসিং খরা কোন অমদা খাইদোকতুনা থমগনি। খাইদোকপা ঈসিং অদুদগী ঈসিং খরা লৌরাগা সিজিন্নগনি। ওইগী খুবাক ময়াইদা লৈমনা অমা হাপলগা লৈদু খুৎ য়েৎনা উপসল্লগা লৈখাইদনা মাংদা থাদগনি কৎকনি। অদুগী মতুংদা ঈসিং খরা অমুক লৈদুদা কৎকনি।

## ইরাৎফু লাৎপগী মিংখৈরোন অহৌবা

কুমসি চহি অসিগী লোইদাম (সজিবু) থাজগী নিংমাং নিংদুং (১০) নি পানবা ঙসি কোরৌ নুমিৎ (সাগোনসেন) গী য়াইফরবা পুংফম খেফম অসিদা মৈতৈ য়েক সলাই (মঙাং অসিদা পোকচরকপা নদাইরেম মমিংনা (মীং) কৌবনা চিংঙু খোইয়ুম লাই পুম্ন মককী ওইনা ইরাৎ থৌনিজগে হায়না লাইখোং ৭ কি খোঙলম৭ মকপু চেৎনা লোনজদুনা লাইজা ইকৌ তমজরিয়ে, তরং ইহুন তম্না ইরেন পুংদা পুনবীররো।

*লাইমিং ঃ-* হউং তরং ইমরু সেংথোইবী কোংবা পুসাইখোং কুমসুখোং ময়াইখোং চিংগোই নুংখোং নুংনাওবী খোংলম ৭ মক্লা অমত্তা ওইনা ইরেনপুং অসিদা তুংবীয়ো হাউং হয়েং অসুম্না সোল্লগা ইসিং অদু লৈফুদা ৭ লক হৈগনি। চেং লৈকনচিংবা চিংউ মপুরেল সিদববু পুক্লিংনা চিংসিন্দুনা কৎকনি লৈফুদা । অসুম্না সোন্দুনা লৈফু অদুদা চেং লৈ নচিংবা কৎকনি। লৈফু লাৎপা হায়বা থৌরম অসি হি মরু য়াই মরু মিংখেরেল অসুপ্পা অসি সোল্লবদি লৈ ফু লাৎপা লোইসিনবা য়াই।

## কোরৌ মালেম তাইবা

মখাদা ইরিবা মীংখৈ অসি সোন্দুনা কোরৌ মালেম তাইগনি।
উং মালেম লৈহনবী তম্ফা হৈকোই চনু লৈবী তোমসেন লৈনপফা লৈহিংনপ য়োইবু খোইদোম লাইরৈমা ইরাৎ থৌনিজবগী থৌরম কাইহনবীগনো চেং লৈনচিংবা কৎচরি হাউং হয়েং ।। তৎনবা লৈরগা সমজিনগনি।

## মালেমদা কোরৌদা কৎপা

হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ কোইরৌ নোংলোনগী পুবা অতিয়া সিদবা নোংদোন লাইরেন পাখংবা খাবা নোংনিংথৌ অতাম্বা অতিংঙা থোইথোইবা সবং নোংফুরেন অচিবা ইরাৎ থৌনিসিবু কাইহনবিগনো, হয়ি নংগীদমক্তা সিঙেল লৈরাং লৈহুন তমজরি। হউং হায়েং। লৈ মনা অমা পাইরগা মথক্কী লাইব্রাসি হাইদুনা সোনগনি। লোইরগা লৈ মনা অদু কোরৌ থক্তা কৎলগা কোক্তা থেৎকনি।

## তাইবং মপু লাৎপা

হে লাইনিংথৌ নহাল নোংগী লাংওন লাকপবু হায়জগে হরি লাইমরু সিদবা হরি চাক্তা পানবা ইবুঙো নহাক্কী নমিংদি অঞ্জি হুঁ উং হয়ি হয়া হায়না কৌয়ে। হয়া চাক্তা পানবা ইবুঙো নহাক্কী নমিংদি অঞ্জি হুঁ উং চিংঙু হায়না কৌয়ে। লাংবা চাক্তা পানবা ইবুংঙো নহাক্কী নমিংদি অঞ্জি হুঁ উং লাইনিংথৌ হায়না কৌয়ে। কোন্না চক্তা পানবা ইবুংঙো নহাক্কী নমিংদি অঞ্জি হুং উং পিবারেল হায়না কৌয়ে। কোরৌ মালেম
লৈহৌবা লাইনিংথৌ নদাইরেম্না ইরাৎ থেনিজরিবা মপুগী মফমলাংদা চেং লৈনচিংবা লাইজা ঈরিক্কা লোইননা কৎচবি হাউংহয়েং ।। থৌজান লানকুবিয়ো।

মথক্কী ব্রাহৈসিং অসি সোন্দুনা ঈরাৎফু মাংদা থারিবা লুকথা অদুদা চেং লৈনচিংবসিং কৎকনি। কৎলবা মতুংদা মখাগী ব্রাহৈসিং অসি অমুক নৌনা সোনগনি।

"উং মালেম লৈহিংবী য়েনিং য়াফম ফানা উনবী পুক্লিং তপ্লবী তাইবং হিথাংফম ওইরিবী সনা ইরেপফু মসক ওইরিবী উং লৈহিংফু লৈনপফা নংবু সেমজবি হাউং হয়েং কুবিয়ু। ব্রাহৈ অসি হায়দনা সোল্লগা ইরাৎফু অদু খুৎ অনিনা সোক্তুনা লৈনা লৈনা খবা সেমগনি। ব্রাহৈ অসি অমুক হায়বা লোইরগা মখাগী অসি অমুক

হায়গনি।

উং সজিক চেংঙা য়ুহা খোইয়ুম অহুম্মক কোরৌ থক্তা থাকল ওইনা লৈ। মালেম কাইদনবা ফুংগা লাইয়ুম সানা ঙাকপিরিবা খোয়ুম অহুমমকপু সেমজরি হাউং হয়েং কুবিয়ু। কোরৌ খাংচেৎ ওইরিবা হৈনৌ মনাদা খুৎনা সোক্কনি।

উং হুঁ সিদবা মালেম কাইদনবা মালেমগী খাফম ওইরিবা কংবি কংজাও কংকুপ লেন সিদবা মপু নংবু সেমজরি হাউং হয়েং। ফৌ অদুদা খুৎনা অমুক্তং সোক্কনি।

## ইরাৎফু লাৎপগী হৌরকফম।

ক-হংকোগী মতমদা হৌরকপা কংলা কুরুম নমকোন থমকোন চিংদা মপারি অহুমদা কামপিনে অসিবনে কোনজিন তুথোকপনা পলেম লৈমলেল সিদবীনা পুল্লবা মতমদা হয়ি মাগী থম্মোয় লাইয়ুমদগী চিংথোকখিবা লোয়িন সিলোন পুম্মমকপু তাইবংগী লান্ন লমদাং ওইনৌ তাকপি তম্বীরম্মী। মৈনা ব্বাইনা তাংনা সম্মা থৌনিরোল খুদিংমক কাইদনা চৎনরি ।

## ইরাৎফু লাৎপগী পোৎলম।

হৈনৌ মনা ৩ নত্রগা ৭ য়েক ৭ তরেৎকী ওইবসু য়াই। চৎনরিবদি ৩ নি হৈনৌ মনা ৩ তং পায়া অমদা পরেং লেংলগা চফু অদুগী মঙক্তা পুন্সিনগনি মনুংদা ক্কা মতোন থোকপা অমা মনা অমা, লফোয় অমা ফৌ লকোই অমা চুকচি মরিগী চুকচিব্বা মরি য়াম সে- দাই তরেৎকী সেনজা ৪ লাইফি ২ লং অহিংবা চেং লৈ থোইদিং অমুবা তিংথৌ মতোল হৈ লাকোই ৪ ক্কা লাকোই ৪ মেংক্রুক থকন ১ তাইরেন পুংফাই অসিনচিংবা পোৎলম সেমদুনা ইরাৎফু লাৎপগী থৌরম অসি পাঙথোক্কনি।

## হৈকৎ লৈকৎ

ফম্বালদা হৈরাং পুংগা থোন লৈরাংপুংগা থোন্না কৎপগী মতাংদসু ফম্বালগী মাইওন য়েৎ থংবরোমদা হৈরাং কৎকনি। ওইরোম থংবদা ক্কা কৎকনি। লাইগী য়েৎতা মৈ থাংমৈ, লাইগী ওইদা মেক্রুক কৎকনি। অথেমপোৎ সেম্বা মতমদসু হৈজাং চং লফোই চং থোকপা অমা কৎপা তরবদি লোংনা কৎকনি। অনি কৎপা তরবদি অমনা লাইনিংথৌগী উপনা কৎকনি। ইপা ইপুগী লিকলম কাইফদে লিক্রম অসিদা চৎপিয়ু।। তাইবং ঐখোয়না লাইবু ইরাৎ থৌনি লাইনিং চংলকপা মতমদা ঐখোয়গী য়েৎতা চংগনি। লাইগীদি ওইনি-লাইগী ওইদি লৈমলেল সিদবীনি, ইমলেল ওইবিনা তাইবং ইরিকচা খুদিংমকপু লমজিং হিনাও সাবিদুনা তাইবং সেম্বা হয়ি মপুবু তাকপিবনি। ইমালেল ওইবিনা তাকতনদি মপুগী মতিক ময়াইবু তাইবংনা খংবা ঙমদে। মতৌ অসুম্মা পলেম ইমাদা হান্না চংজরিবনি। পলেম লৈমালেলনা তাক্লগা পস্থৌ ইপাবুসু মপুবুসু মসক খঙগনি।

# ইরাৎফু লাৎপা

*মাইকৈ লাই কৌব্রুগী চুক্কী মিংখৈঃ*

হে খোয়মোম লাইরেম্বী কৌনু লাইনিংথৌ কৌব্রু অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পা লাইয়াম খুন্দা অহানবা মোইরাং লাইচিদা কৌব্রু কৌনা চুক ওইনা মালেম ঙাকপা লাই। ইরাৎ থৌরম অসিগী তেকতা কাইদনবা অসোইবা অরানবা ঙাকপিয়ু হাউং হয়েং মথক্কী মিংখৈ অসি সোন্দনা কৌব্রুগী চুকখোংদা চেং লৈনচিংবা লাইজা ঈসিং কৎচগনি।

*মাইকৈ লাই মার্জিং চুক্কী মিংখৈ ঃ*

খোইয়ুম লাইরেম্বী তম্পাক লৈহৌরকপি
লাইনিংথৌ মার্জিং সগোলপোকপা লাইনিংথৌ
চিংখৈদা মার্জিং কৌনা চুক ওইনা মালেম ঙাকপা লাই
ইরাৎ থৌরম থৌনিরোন অসিগী তেকতা কাইদনবা অরানবা ঙাকপিয়ু।
হাউং হায়েং।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোলদনা মর্জিংগী চুকখোংদা চেং লৈনচিংবা লাইজা ঈসিং কৎচগনি।

*মাইকৈ লাই থাংচিং চুক্কী মিংখৈঃ*

হে খোয়য়ুম লাইরেম্বী কোইলে লৈমা
লাইনিংথৌ থাংজিং কোইরেল লাই।
সনথোংদা থাংজিং কৌনা থাংজিং চুক ওইনা
মালেম ঙাকপা লাই ইরাৎ থৌনিরোল
অসিগী তেকতা কাইদনবা অসোই অঙাম ঙাকপিয়ু। হাউং হায়েং

মথক্কী মিংখৈ অসি সোন্দুনা থাংচিং তুকখোংদা চেং লৈনাচিংবা লাইজা ঈসিং কৎচগনি।

*মাইকৈ লাই ব্রাংব্রেন চুক্কী মিংখৈ ঃ*

হে খোইমোম লাইরেম্বী ইরাই লৈমা
লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেনা মৈরমদা ব্রাংব্রেল
খানা চাউবা কৌনা চুক ওইনা মালেম

ঙাকপা লাই। ইরাৎ থৌনিরোল অসিগী
তেকতা কাইদনবা অসোই অঙাম ঙাকপিয়ু।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোলদুনা ৱাংব্রেন চুকখোংদা চেং লৈনচিংবা লাইজা ঈসিং কৎকনি।

*মৈগী মিংখৈঃ* সনা য়াইদি লাইনিংথৌ, য়াই মনিক পন্থৌগী মচা অহন।
নেং নেং রী রী হুঁ লৈমলেল সিদবী,
অঞ্জি মরু সিদবনা লুনা থিয়ে লাইদা ফংঙে,
সনা মাললে লাইসনা নুংথংলেন অচিবা কৌবা ইবুঙো
হে ইবুঙো নহাক্না মৈকাম লোকতা য়াথোকপা
সুগুনু নুংথোং ৱাইবংদা মৈরিংবা ৱাংখৈদা মৈহৌবা হে ইবুঙো
নোংদম্বা মপু লাংওন্না কংলৈ
সুকতোং পুং ময়োল কারদুনা লৈঙক লৈকনবীররো। হাউং হায়েং॥

মথক্কী লাইসোল অসি সোল্লগা ইরাৎফুদা লৈনচিংবা কৎকনি, লাইজা ঈসিং ঈরিক কৎচগনি থৌনিজগনি।

*লাইজা ঈসিংগা মিংখৈ ঃ*
ক্রৌ ক্রৌ ক্রৌ ভেং ভেং॥
হে ইবেম্মা নুরা লেম্বী
নুরালেম্বী লাংওন নোংলোন জগোই
সারে নোংথাংলৈমা।
অপাম লাংলে পন্থোইবী,
লাইজ ইপাল লাংলে ইরাই লৈমা
নোংদোল থক্তা লৈরে নোংদা লাইরেম্বী।
তম্ফা লাইওইবী ফমবান্দা লৈরে লাইস্না
হাইনা থাগোন্নরিবা ইবেম্মা লেংসিনবিরো হাউঃ হায়েং

মিংখৈ অসি সোল্লগা ইরাৎফুদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ইসিংসু কৎচগনি। ইরাৎফুদা ইসিংসু ৭ লক নাহেফুদগী হৈগনি লৈ চেংসু কৎচগনি।

*নুংসিৎকি মিংখৈ।* হুং হুং হুং তেক তেক তেক স্বাই,
অতিয়া মরু খোমখাদা ফল্লিবা
তরংদা ৱায়েল্লিবা পন্থৌ ইপানা
পুথক্লেন্দা খোমথবিখ্রো
পলেম ইমানা পুখোমন্দো

খোমথবিরো। চিংজাও খোইমু লাক্লগা
অয়িংবা নুংসিৎ মিকুপ খুদিং
সেৎপিয়ু হাউংঃ হায়েং
মিংখৈ অসি সোল্লগা ইরাৎফুদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

*নোংদোল লাইরেল মিংখৈঃ*

হায় থারোং চিংলক্তা লৈবা মরুরো
মরু নাহাক্কি নমিংদি সুমহৎবা কৌয়ে হাউ ংহায়েং।

মিংখৈ অসি সোন্দনা ইরাৎফুদা চেং লৈনচিংবা কত্তুনা ইসিং কৎচরগা থৌনিজগনি।

*মালেম লৈরোল মিংখৈ-*

উং মালেম লৈস্না লৈহ্নেবী
লৈতোন্দা লৈবা লাই নংগী
নমিংদি লাই খুৎলেম্বী কৌই।
লৈখাদা লৈবা লাই নংগী নমিংদি
লাইস্না কৌই লৈয়েংদা লৈবা
লাই নংগী নমিংদি লৈনাও তাবী কৌই।
অহুমমক্লা তিল্লগা তিনকোই
তিন্না য়েন্দা তিন য়েন্না তিন্দা
তিল্লু অখোম সিংলুপ য়েন কৌই
কংদা য়েন কৌই, সিদ য়েন কৌই
নাদয়েন খুইদয়েন য়েলোন মাপনমক্তি
সনা কোনফুনুংদা সনা কোল্লু সৌগৎপিয়ু হাউঃ হায়েংঃ

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা চেং লৈ ইরাৎফুদা কৎকনি লাইজ ইসিং কৎচগনি পুক্লিং চেৎনা থৌনিজগনি।

***মাইকৈ তাইবা মিংখৈঃ-***

নোংপোক মাইকৈ করনা ঙাকই
নোংচুপ মাইকৈ পিসাতাওনা ঙাকই
অৱাং মাইকৈ নোংদমখুবনা ঙাকই
খারম মাইকৈ করিনা ঙাকই
খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকতাইজিকে কুবিয়ু হাউঃ হায়েং

মথক্কি ৱাহৈ অসি সোল্লগা ইরাৎফুগী অকোইবদা মাইকৈ মরিদা চেং লৈ কৎচগনি ইসিং কৎচগনি।

খোইয়ুম লাইনিংথৌ অতিয়া সিদবনা
উয়ুংগী মথক্তা ফন্নিঙৈগী মিংখৈদি
সংফুরেল সমকুসং কৌয়ে।
পাখংবনা উয়ুংগী ময়াইদা ফন্নিঙৈগী
মিংখৈদি লিক্লাই সিদবা কৌই হাউ হায়েং।

মিংখৈ অসি সোল্লগা ইরাৎফু ময়াইদা চেং লৈ ইসিংসু কৎচগনি

*মাইকৈ চিথেক মরি ঙাকপা মিংখৈঃ*

য়ুহানা চিংখৈ ঙাক্লে,
য়ুচেংনা মৈরম ঙাক্লে
থৱানা মোইরাং লাইজি ঙাক্লে।
চেংঙান নুংসিৎলম ঙাক্লে
মাইকৈ চিথেক মরি ঙাক্লিবা
খোইয়ুম লাই মরিবু ইরাৎ থৌনিজরি।
মাইকৈ ৮ ঙাক্তুনা লৈপাক সেম্বা লোইরে
হাউং হায়েং

মিংখৈ অসি সোল্লগা মাইকৈ ৮ দা চিংখৈ মৈরম মোইরাং লাইচি, কৌব্রু চুকখোংদা চেং লৈ কৎকনি লাইজ ইসিং কৎন থৌনিগনি।

*লমখৈ ঙাকপা লাইমিংঃ-*

লমম্মাবা তুমাবা লৈসেম্বা তুসেম্বা
হনুকোকচাও হনু লৈখম,
চিংঙু ইবুংঙো অহুমক্পা লাংওল্লিবা
লৈরক সাথৌবা খোংবান লাল্লুম্বা তেনৌ
হাইকুপনরিবা তু খোং সারং সিরিবা।
মালং খোংনেৎনরিবা হে ইবুংঙো লোয়ারাকপা
হা ক্রক ক্রক ক্রক। হাউঃ হায়েং।।

মথক্কি লাইমিং অসি সোন্দনা লমখৈ অমসুং ইরাৎফুগী অকোইবদা চেং লৈ ইসিং কৎচগনি।

*পরি লাংসং মিংখৈঃ*

নোংয়াই মরি ওনবনে
চাওর মপান থিবনে
চাওর মপান থাবনে
চাওর মপান মানে
পারি লাংসং থারে
খোইয়ুম মরিমকপু তাইজিকে কুবীয়ু।
হাউং হায়েং।

মিংখৈ অসি সোল্লগা ইরাৎফুগী চুকচি মরিগী চুকখোং হায়বদি- কৌব্রু থাংজিং মার্জিং ব্রাংব্রেলদা চেং লৈ কৎকনি ইরিক কংগন লাইজ ইসিং কন্দুনা চুকখোং মরিদা কৎকনি। খোয়ুম লাই মরিনা ঙাক্তুনা মাইকৈ সুংদাই তরাতরুক লাক্তুনা ফেনচৈ কারন লাক্লে। কপ্তু হুইগা থারে লেংদবে। কা কুং কাকুপ মপুং ফারে পাফলসু মপুং ফারে। লৈবোল ৯ নোংলোন ৯ সেমলে, ইবাৎফুদা চেং লৈ কৎকনি লাইজ ইসিংসু কৎকনি। পবিং হুনবা লোইরে।

*অতিয়াগী মিংখৈঃ*

হে কামপি কোইরৌ নোং সেম্বাঙৈদা
অতিয়া কোলোই মিংথোল পিবা ইবুংঙো
হয়ি সিদবগী মফম লাংদগী ,
থব্রাই য়াইবি খানঙৈদা, হয়িনা চানবিদো অরোইবা মতমদা
অতিয়া সিদবা ফংলে হা উং হায়েং

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা পাফল ফম্বাল থক্তা চেং লৈ কৎচগনি।

*পাফলগী মিংখৈঃ -* তিনসং তিনপুক খাইনা য়েৎত্রিবা কৌয়ে।
পাফল লিললা নিংথৌ তাইজিক্কে কুবিয়ু
হাউঃ হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা পাফল মাইকৈ ৮ দা চেং লৈ কৎকনি। খুৎফাং ১০ লোন্দুনা থৌনিজগনি।

*মিরেল লাংসং মিংখৈঃ*

হয়ি লাইলেল সিদবনা নমু তাইবং
মী সারো হায়রবদা, লাইনিংথৌ অসিবনা
করম হাইনা মী সাগদৌবনো হংলবদা ,
হয়িনা হে পারি অসিবা ঐগী ইমি পাদম লাক্তুনা
তাইবঙ মী হকচাং সাগদবনি, হাইবা পাওতাক ফংলবদা।

হয়িগী মিরেন তম্না সারে হায়গঁনে।
লাইনিংথৌ অসিবা ময়াম্বা কমপিগা
অনিমক্কা নমু তাইবং মীবু সারিগঁদা
নমু পোংগী সাকোল সারেপ ফানবা হায়দুনা
হয়ি মাহাক্তগী মখোয় মরিন চিংথোক্নুনা
সাকোল ফারে হায়বগী মমিং মিরি চিং কৌয়ে।
হয়ি সিদবনা সেমহল্লিবা নমু পোং
অদুবু পোংনাওতোন হায়না কৌরে। ঙামু হায়না মিংথোল্লে।
পোংসিবু নিংসা হাপ্লগে হায়দনা চীংঙু
মাহাক্তগী করিগা করাগা অরুবগা উকংলেনগা
নোংদমব খোইয়ুম মখোই মঙা পুথোক্নুনা থব্রাই হাপ্লে ।
নিংসা হোল্লে, খোইয়ুম ৫, থব্রাইগী মপু অতিয়া সিদবগা
থব্রাই ৫ মিগা থানা ৬ মক ওইবিরো।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউঃ হায়েং।

মথক্কি মিংখৈরোলসিং অসি সোল্লগা ইরাৎফুগী মমাংদা থারিবা লাকোই লা অদুদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি। খৈরে। ইরাৎফু ইরাৎ থৌনিবা খৈরে ।

# নাওব্রা নাওপুরকপা থৌরম

পলেম ইমানা নাওব্রা অঙাং নাওপুরকপা অসি লোইদাম থাবুম ৩ সুরকপদা নাওব্রা অদুগী য়াইফনবা নাহৈরোন সোনবিগনি। সোনবগী মতমদি লোইদাম থারেপ ৫ মপুং ফারকপদা অমুক। থারেপ ৭ তা অমুক । থা ৯ মপুং ফারকপদি কোকথোক চামথোকপগীথৌনিরোল পাংথোকপিগনি।

*পোৎচংদিঃ*

অথুম্বা পোৎলম ৫ হাইবদিঃ- সংগোম, ঘি, খোইহিনে, লফোইনে, লিক্লানে । হৈ লাকোই ১ ক্বা লাকোই ১ মেংক্রুক থাংমৈ । লৈ অঙৌবা কুন্দো পরেং ১ ইসিং চফু অথনবা অমা নুপি অদুগা ব্রাংবা চপ মান্নবা য়েংথৌ মকক ১।

*থৌনিবদিঃ*- থা ৯ সুরকপদা মাংগোল ময়াইদা ইরাৎ থৌনিবিগনি। থৌনিবা মতমদা লৈ পরেং অদু মসাদা সিজিনবিয়ু। অদুগা লৈ পরেং অদু লৌথোক্লগা মমাংদা খিল্লিবা ইসিং চফু অদুদা মমি য়েংলগা চফু মঙক্তা হুকচিনবিয়ু।

*ব্রাহৈদিঃ-*

হে ইতা লোইনবী ইমিরেল ঐগী লাংফম
অতেক অকাই থোক্কদবা পু ম্নমক
ইতা নঙোন্দা ঙসিদগী সিন্নরবনি
হাউং হায়েং।।

ঙসিদগী ঐদি মীবমলেন্দা পুঙ্গি নুংসাংনা পানবা ওইববনি হাইগনি অদুগা মাগী নিপানা থোংজিন্দা য়েংথৌ অদু পাইবগা মখোং অদু ফাকতোক্তুনা লেপকনি। অদুগা নুপি অদুনা ইমুংলোমদা কেকু হাইদুনা নিপা অদুগী কবাং লিক্তুনা ইমুং চংখিনি। নিপা অদুনা ফোং ফোং কে কু ফোংলে হাইনা খুমগনি। নুপি অদু অমুক মমাই নোংপোক ওন্দুনা সুমাং মযাইদা লেপহল্লগা ঙসাইগী ইসিং চফু অদু মকোক্তগী হৈথৌ। অদুগা চফু অদু লৈপাক্তা থাদুনা য়ৈথাইয়ু। মসিবু কোকথোক চামথোকউ ইরাৎ থৌনিবা কৌই। নাহৈ নাসেংবা অকোকলোন উসিন্না চিংবা কৎথোক্তুনা কোকথোক চামথোপিববদি অকাই অতোই থোক্তনবনি।

তাইবং মী পোকপদি লোইদাম থাজ ১২ দা পোকএ। থাজ ২ ইপল পশ্বৌদা পাল্লে। পশ্বৌ কৌই । ইপল্লে পলেম ইমা কৌই। ইপানা ইমাদা সিন্নবে। পলেম ইমানা লোইদাম থাজ ১০ উনকোইনুংদা নাওব্রা অঙাং মাবু নাওপুবে নুমিৎ ৩০ সাবগী থা ১০ সুবা “পিনুং” খোংচৎ ৯/৯ না চৎলকপদা পুংসিং ২৩০৪০ সুরকপদা পুংগী অহৌবা পুংজাদা পোকইবা খিবিকসু অহৌবা পুংজা তাইবং মীনা উনবী পিপুক্লুংদগী তাইবংপান ফাওবকপা মতমদা চকপ লমলং মাইবী (ব্রাংকোন) অমাইবীনা অঙাং অদুগী নাওফম লোমদগী অঙাংলোমদা অহুন্নক সিৎনা নান নান সিৎনা কিনি। থৌব্রাই মিবেলবু কৌসিনবিগনি।

*মিংথৌদি নিপা ‘‘ইরগনাঃ-*

হে য়াইবী থব্রাই মঙামক মীগা থানা ৬ মক ,<br>
চিংপুংবা থব্রাই মিরেল কোন কোন কুক ইনবিগনি ময়াদা

মথক্কি মিংখৈ অসি অহমলক সোন্দুনা খোইরিদা নানসিনবিরগা খোইরি অদু লং অহিংবা লংজা ৯ না পুনগনি। অদু ব্রাকথৌনা কক্কনি।

*নাওফম ফুম্বগী মরম ঃ*

নাওফম ফুম্বা মতমদা পিপা নুপানা য়ুমগী য়েন্নাখাদা, অদুগা নুপীনা য়ুমগী ওইথংবা হুমদাং অসিগী কাবক্তা খুবোম্মুক লুনা তৌবগা চফু অমদা পৈসা ১ হাপকনি। নাওফম হাপকনি পিতাই খোংদাইবীদা য়াইফ থৌজাল নিরগা সিন্নদুনা নাওফম অদু খোইজু লৈখাম মৈ ওক্লগা ফুমগনি।

*অঙাং ঈরুজবা*-খোইবি কক্লবা অঙাং অদু ঈক লাইসোন সোনবীদুনা লুজবীগনি। লুজবিবা ঈসিং অসি অচম্বা ঈসিং নত্তে ইপা মচুম, ইপুগী মচুম অসেংবা ইসিংনি। ব্রাংকোন মাইবী ইমানা অঙাং অদু ইরুজবীগনি।

ইপা মচুম তারো ইপু মচুম তারো ।

নুমিৎনা কাদ্রিঙৈ কাহৌরো ।
থবিনা চাওদ্রিঙৈদা চাওহৌরো।
তিং তিং চাওরো সাংঙো।

মথক্কী ৱাহৈ অসি হায়রগা ইরুজবীদুনা অঙাং মসা মউ খিং খিং চোংদুনা সানবীগনি। তাইবং মী ওইনা পোক্লবা অঙাং অদু, ইরু সাদেংবীরগা নাকোং থোং চাওরেন অনিদা চিংঙু মিংখৈ অহকপবু পম্বৌনা লাইমিং সোনবীগনি। হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা হাইবা লাইমিং অসি সোনবীগনি।
তাইবংপান্দ পোক্লবা অঙাং অদু পোকপা নুমিত্তগীনা নুমিৎ ৬ নি শুবা নুমিত্তা মঙাং অয়ুক্তা মাইবীনা, হৈসোই ইপান কৎপীগনি। অদুগা নাওৱা কোলোই মিং থোনগনি।

*ঈ পাল থৌরম পাংথোকপা -*

মৈতৈ য়েক তরেৎ সলাই মাপল গী চৎনবী ইপাল থৌরম হাইবা অসি ইপাম্বী মরু হুনবা থাবা হায়বদি পম্বৌনা থাজ ২ পুরগা পলেম ইমাদা ইরিক চার মরু থাইয়ে। মমা ওইবীনা থাজ ১০ নাওৱা নাওপুরগা তাইবং ফাওরকই। অদুগা তাইবং মীওইপোক ঐখোয় অসি ইমা অহুমগী মচানি হায়নৈ। তাইবং মীওইবা হাযবা অসি ইপাদগী লাক্তুনা ইমাগী নাওবী ফমদা মরা ৱাইদুনা, নাওৱা ই-পাম্বী ওইনা হৌবকপনি। অদুদগী অমুক ইমাদগী লাংওন ফাওরক্তুনা অনি শুবী ইমা মালেম লৈমগী মতমপাক্তা তাইবং খোংদাবে। অদুগা চীন্দম্বী নুমিৎ হুম্নি খোমইনবীরি। অহুমশুবা ইমানি মচা হাযবা অসি মমা মপাগী হযেংমুক্কী মপোক্নি। অদুনা মমা মপাগী হয়েংমুক্কী মপোক ই-পাম্বী হুনবা থাবা হাইবা খংহনবা থৌরমবু ইপাল থৌরম হাইরিবনি। অদুগা ৬ নি ইপাল থাবা অসিগী মরমদি- ইমাগী ইয়েল মপাল সাবা। ৫নি ফিসেংবা, ৬ নি কোক লুজদুনা হকচাং সেংবা লীক্লম অসিনি। হায়বদি ইমাগী তরুক্নি কোক লুজবা নুমিত্তগী হৌনা চবি-অঙাং ইপাল থাবা যাখিবা অসিগী ইচেনবু খংনৈ। মালেম লৈমা ইমাগী তম্পাক্তা নাওৱা অমুক চারি ইপান থাবগী থৌরম্বু ৬ নি শুবা নুমিত্তা পাংথোকই অদুবু ৬ নি ইপাল থাবদা মাইবীনা য়াংকোক্তা, চেং য়েনসাং মনা মসিং সিংজু হাপতুনা নাওৱা অঙাংদা তরা চাকইন তম্মী। হাইবদি নাওৱানা পলেম ওইবীগী খোংকাপ ই - চাদুনা তাইবং পাম্বী ১ ওল্লকই হায়বগী ইচা কৌবীবনি। অরিবা ৱাহৈনা য়েৎকী লমদাং ওইরগনা পারিনি খংনৈ। ওইগী লমদাং ওইরগনা ইমোম হায়না খংনৈয়ে।

মাইবীনা অঙাংগী মমাদা য়াংকোক্তা, অঙাংগা লৈতুম অমগা হাপ্পগা নচা পমব্রা। লৈতুম পামব্রা হংই। অঙাং মমানা ইচা পাম্মী হাইনা খুমই। মসিনা তাইবং পানবদা নুংসিবা হাইবা অসি ইচাদগী হেন্না নুংসিবা ১ লৈতে হায়বগী পাওতাকনি।

*হৈসোই ইপাল কৎপা থৌনিরোলঃ*

## অযুক্কী থৌরম

*মিংখৈঃ-* চীংঙু খোইমোম লাইরেম্মা তনৌ নোং তারেংবী।
খোইয়ুম লাইনিংথৌ লৈয়োল্লাং তনৌবা,
চীংঙু নপু ননাই অনিগী হৈসোই ইপান কৎপা থৌনিরোলদি
লাইবুংথৌ ৯ লাই নুরা ৭ খোইয়ুম নখোইগী
নফমলাংদা হৈসোই ইপাল পোৎলমসিং কৎচরি।
( পারি নক্তুগা ইমোম ) নংগীদমক সিংজু য়েল্লাং
মসিং সুনা হৈকোই হৈসোই ইপাল্লাং,
নাওৱা মীকোল থাগোলনা হৈসোই চউম তল্লিয়ে।

মথক্কী মিংখৈ অসি হায়দুনা মাইবীনা খুৎফাং ১০ লোন্দুনা সৈথাগনি। হৈরাং পোৎলম হাপ্লা য়াংকোক মমাংদা ফমদুনা খোইজু লৈখাম কম্বী নৌরৈখু পোলেম, পুম্নমক তাইরেন পুংফাই পাইদুনা লাইজ ইসিং খিকতোক সেংদোক্কনি। য়াংকোক্তা লাইপুংথৌ ৯ লাই নুরা ৭ কী চাকথা তমগনি।

*হৈসোই চউম মিংখৈঃ-* হে লাইরেম্বী ওইগী সনাদি নুমিৎনে
য়েৎকী লুপাদি লিক্লাইনে, লোইদাম থাবুম ১০
নুমিৎ সিংবুম ৩০০ নি ইফা ইমেললে।
কোলোই মমিং থোনবু অঙাং কৌয়ে।
নাওৱা নংনা তাইবংপান্দা ফাওরক্লেদো
মালং পানবু য়ৌরক্লবা অসিদা হে নাওৱা
কোরৌ নুমিৎ ৬ নিবু খাম্বী মৈনিং কুনলবগা ।
অসাইঙৈগী সংলৌ মখল সুনা য়েল লাংনা
তরা চাক ইপাল থা চউম তমগে।

# ইপাল হৈসোই কৎপা থৌনিরোল

*সংলৌ এলাং পাইদুনাঃ* তরা চাকপু মম-মম মঙারক ইনবিগনি।
লাইজ ইসিং কুক -কুক -কুক মঙারক ইনবিগনি

১। অহানবা চখোম্লা মালেম ইমা মসক খঙনা চাকনী।
২। অনিসুবা চখোম্লা মপু মসক খঙনা চাকনী।
৩। অহুমসুবা চখোম্লা থব্রাই য়াইবি ৫ ফানা চাকনী।
৪। মবিসুবা চখোম্লা পলেম পম্ভৌ খংনা চাকনী।
৫। মঙাসুবা চখোম্লা তাইবঙ পুন্সি মৈবা খঙনা চাকনী।

অঙাংবু তম্পাক্তা পম্লগা অসুম্লা তবা চাক চাউমদুনা ইপাল কৎকনি, থাগনি। মালেমগী খোম্লাং চাকইন তম্বনি অদুবু চাউম্বা কৌই। চাউম্বা লোইবগা অঙাংগা লৈতুম অমা হাপ্লগা মাইবিনা, অঙাং মমাদা লৈতুম পাম্ববা, নচা পাম্ববা হায়না হংগনি। অঙাং মমানা ইচা পামই হায়না খুমগনি। অঙাং অদু মমাদা পিবিবমগনি। মনা মসিং পোৎলম অদুনা, মাইবিনা কোম্থোংদা পুথোক্তুনা, ইবেন পিথ্রাই খোংদ্রাইবিদা সিন্নদুনা কৎথোকচগনি।

*লাইরাঃ* হে পিথ্রাই খোংদ্রাইবি ঙসি নসুনা
মালেম ইমাগী খোম্লাংনা তরা চাউম তম্বদি
সাম্মা পাঙ্গল চৈসৌনবিয়ু পুক্লিং লৌসিং
থৌরৈ তেংবাংবিয়ু থৌনিজবি।

মথক্তি ব্রাহে অসি হায়ববগী তুংদা অতাইবোন লাইবোন থৌনি মতোল লোমদুনা তাইনবিবমগনি।

*ইপাল থাব কৎপগী পোৎলমঃ-*

যাংকোক ১ হৈবম ৭ লৈবম ৭ কবোক নাচল ৭ হৈবী মনা লৈতুম ১ লাচেৎ ৭/৯ চেং খুযা ১ যেন্সাং মনা মসিং খবা ঙা থুম-মোবোক তাইবেন পুংফাই খোইজু লৈখাম, ফৌদাং ১ সিংনাও, থুমপাক অহূম ঙখা ৭ কী পবেং অমা অকৎসেন ঙামু অহিংবা ৩ অসিনচিংবা পোৎলমসিং অসি যাওগনি। মাঙ্গোল ময়াইদা ফৌদাং থমগনি। ঙমু থোঙ্গালদা কৎথোক্কনি। খোইজু লৈখাম, মৈ থাগনি। থৌবম অদু লোইবগা মাইবিনা ফৌদাং লৌগনি।

হৈসোই ইপাল কৎপগী থৌরম থৌনি অসি লাইয়িংথৌ তারি লৌসিংবনা মাগী মচা সাকপ্পা পোকপদগী তরুক্নি ইপাল হৈসোই কৎপা হৌরে। লাইয়িংথৌগী থৌদাগী মতুং ইন্দুনা ঙসি ফাওবা মৈতৈ য়েক ৭ সলাই ৯ না পাথাং পুথাং কোক্লা পাংথোক্লম্বা থৌরম্বু চৎনরি।

# লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী থৌনিরোল

*মিংখৈঃ*

হে খোইমোম লাইরেম্বী লৈমলেল সিদবী
হে লাইনিংথৌ খোইয়ুম সিদবা মপুরেল
নাতোম থোক্লা লমহৌরকপা সিদবা মপু,
ঙসি লোইদাম থাজ (সি) গী নিংমাং (তরেৎ)
নি নিন্দুং(তরা) নি পানবা কোরৌ (লৈবাকপোকপা) নুমিৎকী
য়াইফ পুংফমদা, য়েক খুমন সলাইদা পোকচবা পোকচরিবী
নৱাগী তরুক্নি ইপাল থৌরম অসিদা তাইবঙ ইরিকচানা
ঙমজবা খরদং খোইয়ুমগী লিক্লম কাইদনবা কৎচরি
ফম্বাল লাংদা ঙাম্থোইবিয়ু।।

মথক্কী ৱাহৈসিং অসি হায়দুনা ইরাৎফু মমাংদা থল্লিবা লাকোইদা চেং লৈ কৎকনি। ফম্বাললেন্দসু কৎকনি।

*লৈমলেন সিদবী মিংখৈঃ*

লীং লীং হেং কিং কিং
লীং লীং হেং নিং নিং
নিং লিং নেং তিং তিং
লীং লীং হীং হীং
ইং ইং লীং নীং লীং
সিং বীং বীং
হে ইবেম্মা মৈতৈ লৈমলেন
মৈতৈ লৈমা ফম্বাল মখাদা
সনাগী কোনফু তাখিবা
তাফরোই ফম্বাল কাখৎপিয়ু
কোলোইদি চিংখৈ চনু ইখোং লৈমা কৌই
মিৎম্না ফাজিল্লু সো মিহিং চিংঙু

মী তম্মুরাবা চুংঙু ঙক থুম্না চেংঙু
মৈতৈ ইমা কোরৌ মালেম
লৈরোন্নুং লাইজ ইরোন্নুংদা লৈবসু
অপুনবা সক্তম পিনবিয়ু
মৈতৈ লৈমা ফম্বাল ৱানে পন্থৌবু ফানা
ৱানে চিং চিং চিরিক দে হিং নপ।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা লাইবেম্বীগী ফম্বালদা লৈনচিংবা কৎকনি।

*মহৈগী লাইরেম্বী মিংখৈঃ*

অঞ্জিনু নংগী নমিংদি অঞ্জিনু কৌই
মথানু নংগী নমিংদি মথানু কৌই
লৈইনু নংগী নমিংদি সিংদুমনু কৌই।
খোইয়ুম পুম্বগী সিন্থা পাইরিবী।
তাইবং পূক্লিং চংদুনা লিক্লেংবী
হৌফম লেম্ফু খঙহন্দবী
লৱাই কোইবেল থক্তা ফমদেংবী ৱাচুম সুবিবী
খোইখা লিনখা থারকপা মতমদা,
পুক্লিং উলেন খাম্বী লাইবেম্বী।
পচেং ফিবাল থেৎপী মহৈগী লাইবেম্বী
মহৈগী চুক্লি পাইবিবী
লাইনিংথৌদি মঙাং মক
অক অপান চাংদম্নবদা থৌনা ওইবা
পুবোন চাম্মা পাওতাকপা সুরোন নাইনা সিন্থবী

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা লাইরিক্কী ফম্বালদা হৈ কৎকনি থৌনিজগনি। মতম অসিদা অঙাং পুথোক্লগা অমাইবনা তাইবেল লোংনা পাইদুনা ইক লাইসোলনা নাহৈবিদুনা সেংদোক্কনি। অঙাং মসা সেংদোকপিগনি চিংঙু মপুদা কৎপা নমসা অঙাংগী মসা অঙাংগী লাইবক্তা অতৈ মিহুনফমদা নম্বীগনি।

*লংহিং মিরেন মিংখৈঃ*

হে নাওৱা লৈমলেল সিদবিগী পুন্সি লংহিং
য়াইবি লংলা মাপলনা তিনবা পুন্সি চাবি অসি
( পাবি নৎত্রগা ইমোম) নংগী খুদাংদা
সিদযেন নাদয়েন লংহিংয়াই সুংতিন মাপল সুববু
পুন্সি চবি খুজি ওইনা সিবিববনে।

লংহিং মিরেন খুজি পুনবিবদি নিপানা য়েত্তা পুনগনি। নুপীনা ওইনা পুনগনি। মিরেন খুজি তাইরেন মনা অমসুং য়াই কুবাও অঙৌববু পুনবা য়াই লংদি লংলা মাপলনি।

*তেনগী লাইমিংঃ*

হে তেনবী য়াইওইবা
মৈ ইসিং নুমিৎকী
লৈপাক অতিয়া
থবাই মঙাগী মসক ওইবা
ঙসি নাওবাগী তরুক্তি ইপাল হৈসোইগী
ইরাৎ থৌনি অসিদা মাইকৈ মরি সুংদাই নিপাল
কোরৌ মালেম তুনা মাইকৈ তরামক্তা
তিনখাইবিরম্মু লৈখাইবিবম্মু হাইনা
তেন লিকংদা লৈবাং কৎলগা সেংদোক্কনি।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা ইরাৎফু মমাংদা লিকং তেন থল্লগা খোংজি অনিদা লিরিগী লিয়াইদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

*তেনগী মিংথৈনা মাইকৈ তাকপাঃ*

১। চীংথৈ-কুনান তেনহৈবা তেন্না হুং ঙরং ঙবং তিক
২। সন্থোংদা- মেন্দে হাওতকপা তেন্না হুং ঙরং তিক
৩। মৈবমদা-চাইবেন য়েন ফোইলাকপা তেন্না হুং-ঙরং ঙরং তিক
৪। কৌব্রুদা-খোরি তেনহৈবা তেন্না -হুং ঙরং ঙবং তিক

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা তেনজিনগী মতোন্দা লৈনচিংবা কৎকনি অদুগা তেন পুদুনা মাম্মনা চিংথৈদগী কাপ্পা হৌগনি। অনিসুবা থাংজিং, অহুমসুবা ব্রাংব্রেল, মরিসুবা কৌব্রু মায়কৈ মরি কাপথোক্লগা মরিসুবা তেনজৈ অদু লৈরোন নোংদোন্দা পুন্সি নিবগা চিঙ্গিল্লক্তুনা ইরাৎফু মমাংদা থল্লগা চীংঙু নোংদম্বা নোংদম্বীদা কৎনা থৌনিজগনি।

তেন কাপ্পুবা হল্লকপা মাম্মনা অঙাং অদুগী পুন্সি নুংসাংনবা তরেৎকী সেন হান্না কৎকনি,পিগনি। অদুগা মতুংদা মীপুম খুদিং কৎপিবা য়ারে। অঙাংগী য়াইফ থৌজাল পিবীবা কৎপিবনি। পাবি নৎত্রগা ইমোম অদু পুন্সি নুংসাংনা মহৈ হৈবা পচেং ফিবাল থেৎনা পানজৌ হাযনা যাইফ থৌজানবিরে। অঙাং অদু পুসিনখ্রগা ইরিক ইসেং লৌদুনা সেংদোকপিগনি অমাইবনা থৈরে।

*থৌনিরোল মিংখৈঃ*

তাইবং পানবা মপুনা সিন্থাবদি
খোংজোমনুবি পিতাই খোংতাইবি
অসেম অসা হৈবিবু সেম্বীয়ু সাবীয়ু
অংগো নাওৱাগী চিংগু খোইয়ুম পুন্নমক্না
সেম্বীরম্মু হায়না সিন্থরকয়ে।
চিংগু পুরৈহনবা ইপুথৌ য়েত্রে খুরন
লাইপক খেলাই থোংদা অঞ্জি লাইয়ুম থা
নাওৱাগী পুন্সি নুংসাংবা য়াইফ থৌজাল
ললকুবিয়ু হায়না ইরাৎ থৌনিজরি।
হা উং হায়েং।।

ইরাৎফুগী মমাংদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

*লাইৱাঃ*

হায় গোরো মো কৌবা সাবু ফাদুনা
কৎলবনি অসোয়বা ৱাবু সোইৱাম ৱানি
নপারি নমোমসিংনা সোইখিবা লালখিবা
ঙসি কোরৌ নুমিৎ য়াইফ পুংফম অসিদা
অঙাং নাওৱা অসিগী খোইয়ুম লাইয়াম খিবিক্কি
কোলোই মিংথা সুদবা ৱাহৈ খোন্থোক অসোয়বা
হৈরম লৈরম অৱাৎপা অরান অহুই খিবিকপু
তাথিবীগনু নদাইরেম্না খোইয়ুম নফমদা খুফাং
তরা লোন্না লৈতাইদুনা থৌনিজরিয়ে।
থৌজাল ললকুবিয়ো।

ইরাৎফু মমাংদা লাকোই লাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি। অতাইরোল লাইরোল সোন্দুনা তাইবিরক্কনি । তিনমু লাইমু খাইবিরমগনি। ইরাৎ থৌনিবা মতাং অসিদা খৈরে।।

# ইরাৎথৌনিরোল পোৎলম

লাংচিং নুবীগী ফি ১ অঙাংগী নুপাগীনা ফৈজোম ফুরিৎ নুপীগীনা ফনেক ফুরিৎ ইন্নফি খুজি। ইরাৎফু ১ চুকচিব্রা ৪ লিরুং ১ তৈঙ্গৈ ৫ লং অহিংবা ১ হৈরোম (অথেনপোৎ) হৈজাং ১ য়ুবিসু য়াই চেং কন্বী ১ হৈ মনম নাইবা ফৌ খুয়া ১ হৈরুক ক্বা লফোই মেংক্রুক থাওমৈ থোইদিং তিংথৌ লৈ নাহেফু য়াম অসিনচিংবানি। ইরাৎপা অসি তাইরেন্নাচিংবা য়াওগনি। ইপালগী থৌনিরোল খৈরে।

# য়ুমসেং নাহৈবগী ইরাৎ থৌনিরোল

*হকসেং মিংখৈঃ*

তইরেন্না পুংফাইনা নাপুন নাসেৎনা
নাপিনা সিংবিনা লৌদ্রে তংদ্রি
উখোং ব্রাখোকসিদা য়াইনা সেংগে
হা উং হায়েং।

অমাইবনা তাইরেন পুংফাই পাইদুনা নাহেফুগী ইসিংনা খিকতোক হায়দোকপিগনি মমাগা মচাগা।

২ কোরৌ মচি ই ব্রাংবল মনাও ই
কাসা লালোই ই খাকপা পুরৈরোম পুরাং নাকাবা
খোংমরোকি ওন্দেবা খোংমরোক্কী ওন্ন হনব্রাইবা
অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পা য়ারক্তগী সিম্থ ই,
খোক্লাং নানিরোংবা ফেংগাই নুংদুম লৈতুম ই।
অরাবম ইদি ব্রাইচেৎ ই অসাংবম ই দি ব্রাইকেম ই
নোংথৌ সোরারেন অরিবা মরিকপা মরিকপী
সমপোকপা সমপোকপী নুমিৎ লুতুম থাবা হৈবী।
ইবেন পিতাই খোংদ্রাইবী কসা অসেম অসা
হৈবী ইবেম্মা সেম্বীয়ু সাবীয়ু, ফত্তা হাওদি পুন্নমক
হাওরৈ খা পাংনা হোইথবিয়ু, হে পিতাইবী অফ নুংঙাইবা
কপয়াং তপয়াংবা থিকসেং থাসেং
খিবিকপু অব্রাং পাংনা হোইগৎপিরম্মু

পান্নরসে সেংনরসে লাইনা লাইরমলেন্দা লৈবিয়ু
মীনা মীরমলেন্দা লৈজহৌনবা থৌজাল ললকুবিয়ো

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা মমা মচা, তাইরেল পুংফাইনা ইসিং লুপ্তুনা খিতোক চাইথোক্তুনা সেংদোকপিগনি। অদুবু হক সেংবা য়ুমসেংবা নাহৈবা থৌনিরোল কৌই।
*য়ুম সেংনবা মিংখৈঃ*

মংসোক মদাইমদা ফমেন মদাইমদা
য়াতংদা কোন্দংদা তাক্তু য়ুমতামৈ
সেংখোং নারিনমা পরৈ হৌঙম মাগী
লুঙম নাঙৈবা নফমসেং ননুংলাং
মাংগোল্লোং ননুংলাং নসুমাং নথেলপুংগী

কাওম সুবা রোংববু থারৈ লপ্লৈমদা তাইরবনি সেংঙবনি হাউং হায়েং॥
মীংখৈ অসি সোল্লগা ইমুং মনং চংদুনা হাইদোক সেংদোক্কনি। অরেম্বা ঈসিং অদু কোরৌ কারসে হাইদুনা য়ুম লাইখন্দা ইসিং চাইখৎপীগনি।
মথক্কী থৌরমসিং অসি লোইরগা অঙাং নুমিৎপু থৌনিগনি। মফমদি মাংগোল ইচিনফমদনি।

*নুমীংকী মীংখৈ।* ঃ-হে নুমিৎ সনা অপানবা সিদবা নহাক্কী নঙান ৭ না
নুমিৎ চৈসিং ৭ ওইবগী মিংলেন মীংখৈদি
তাওহুইরেং অহনবা লাইরেন তাওদনবা
য়োইময়াই য়োইখোমথোক, খোমথোক নানৌবা
য়োইপরেং, পরেং লৈসংবা কোরৌ নুমিৎ ৭কী মনুংদা
পোকপা নদাইরেম ( অঙাংগী মমিং পনগনি ) না নুমিৎ
সিংবুম ১০ নি শুরবগী য়ুমদাই নাসেংলবগী নঙান
নসাবু উবা লাংবা ফংজরে। অঙাং চোংবীগনি।
নুমিৎনা কারিঙৈ কাহৌরো, থবীনা কারিঙৈ কাহৌরো।
ইপা মচুম তারো ইপু মচুম তারো সাংঙো চাওরো।
তিং তিং তিং চোংবীগনি।

সংগোম লফোই খোইদি লিক্লা ঘিনে অথুব্বা মরম মঙাগা লোয়ননা কৎচগনি। অঙাংনা খিং খিং খোংগারক পা নুমিৎ মাংগোল ময়াই য়ৌরকপা মতমদা মাংগোল ইচিনফমদা অঙাং খুৎফাং লোন্দুনা নুমিৎ থৌনিজগনি।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোন্দুনা অথুব্বা মরম মঙাদু পুন্না নুমিৎতা কৎলগা চুরি তাফমদা লা লাতোন অমদা অঙাংগী মখুত্তা হৈথদুনা সম খরা খুজিন য়াওনা কৎকনি। খৈরে।

# অঙাং চাউম্বা ইরাৎ থৌনিরোল

অঙাং চাউম্বা হায়বসি নুপীনা থাবুম মঙাদা চাউম্বীগনি। নুপানা থাবুম ৬ তা চাউম্বীগনি। লাইগী অথেমপোৎ কৎকনি। অঙাংগী ফিজোল হোংগনি অনৌবা সনা কৈথেলদগী লৈবিবসু য়াই । তরা চাক্লেন হৌববু হয়ি সিদবদা কৎচরগা অঙাংদা চাউম্ব তম্বীগনি।

*চাউম্লোন মিংখৈঃ-*

হে নবা তরা সংলৌ ফুৎনা
তরা চউম তমগে চারো
চখোম লুরোক মঙা অসি
থবাই মঙাগী মসক্কি চীন্দম্নবা
মতমদা পলেম্না হাইবীরকই।
১ চখোম্না তাইবং মপু খংনা চাক্লে।
২ শুবা চাখোম্না মালেম ইমা খংনা চাক্লে।
৩ শুবা চাখোম্না থবাই মঙা খংনা চাক্লে।
৪ শুবা চাখোম্না পলেম পম্বৌ খংনা চাক্লে।
৫ শুবা চাখোম্না তাইবং লৌসিং মৈরা চাক্লে।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা, লাইজ ইসিংদা খুৎ লুপ্পুনা খুৎচুম্না চিনবাল য়ারেল খোংজি তেংগনি। নানথোকপীগনি। অদুগা মখাগী লাইবা অসি হাইদুনা তরা সংলৌ এলাং পাইদুনা নাওবাদা ইনবীগনি পলেম্না ফৈরাথক্তা পমলগা।।

*লাইবা মিংখৈ ঃ-* চাকপু মম মম মম মম মম হাইনা ইনগনি।
ইসিংবু কুক কুক কুক কুক কুক হাইনা ইনগনি।

অসুম্না চাখোম মঙা ইনগনি। ইসিং চখোম মঙা ইনগনি। অসিবু থবাই মঙা মসক খংনা চাক ইন তম্বীবনে। অসিবু অঙাং চাউম্বা হাইনা খংনৈ। খৈরে।

# নাহুৎ নারেং তম্বা থৌনিরোল

চহি ৩ দা অমা চহি ৫ দা অমা মপুংওইনা চহি ৩ না নাহুৎ নারেং তম্বীগনি। মহৈ মসিং তম্বীবদি চহি ৫ মপুংদা অফ ফত্তা পুংফম য়েংদুনা থৌনিবিগনি। যেংগদবা অমা-অঙাং অদুগী পলেম মমা মসা লুপ্লবদি য়াদে হাইবমই।

## কামপী ইরাৎ পাফল




*কামপী ইবাৎ পোৎলম পাওতাকঃ-*

মৈ ইবাৎ থৌনি মফম অদুদা য়াম্না পাফল য়েক্কনি। পাফলগী চিরা ৪ দা ইবাৎফু অমখক খিনগনি। ফম্বাল মমাংদা ইবাৎফু অচৌবা অমা খিনগনি। মাইকৈ চিরা মরিদা চংবী লাপন চুপান, কোংযাং ব্রা থাগনি। অদুগা যাইবী লংলা লংলম ৭ না নত্রগা ৯ না লৈথক লৈখা নোংলোন সেমগনি। হৈনৌ মনা পবেং ১ কোইগনি। থাকন অমা খনগনি । অসুম্না তাইবংপানবা মপু হৃযিগী ফম্বাল সেম্লগা ইবাৎ থৌনিগনি। মৈগী থাকনদি অঙাংবা মচু ওইগনি। সিংলম মপুন ১ সহিনে ২ কুহিনে ৩ উপননে ৪ হৈক্রুনে ৫ চাওখোংনে ৬ নোংলৈসংনে ৮ উচাননে ৯ ব্রাতংনে। ফৌ, য়াম, চেং. থোইদিং লৈ তিংথৌ তাইবেল পুংফাই সঙ্গোম অনৌবা লফোই চং থোকপা ২ চুহি কম্বী ২ খোইহি মেক্রুক মৈবা উচান, লাইফি ২ ফক ৩ হৈরুক ১০ ক্বাসু ১০ । ক্বা মপুম ৭ মনা মপুম ৭ লং অহিংবা যুবি ১ ঘী থাও ইবাৎফু ৫ হৈ মনম নাইবা ১ লৈসং য়েন্দাই ১০ হৈরোম (পুন) অথেমপোৎ ১ থাকন ১ অসিনি। য়েক ৭ সলাই ৯ গী উনা মৈ লাৎপগী সিং ওইনি।

# কামপি। ইরাৎ থৌরম

*অঙাং ইরুসাদেংবা থৌরমঃ-*

চনুরা অহুম্না পুল্লাং ৩ দা ইসিং সোকউরগা মসম কোকপা অদু লোইরগা ইরুসাদেংবিগনি। খোংনেৎ খুদা ১ মমাই চিংখৈ ওন্দুনা লেপহল্লো। খুদৈ অঙৌবা অমা মথক্তা খনবীয়ু লুরেল থক্তা অমাইবনা ইরু লইসোন নাহৈ নাসেংগনি। চনুরা অহুম্না লুরেন থক্তা ইসিং হৈথদুনা ইরু সাদেংবিগনি। অঙাং ইরুজবা লোইরগা তোপ্পা ফিদা১ সোন্নাপুংগী নোংচুপ থংবদা থাবিগনি। ফিজেৎ লৈতেংগী মফি মরোল সেম্বিগনি। চরৈ ফি সেৎপিগনি। অমাইবনা নাহৈ নাসেং মিংখৈনা হায়দোক সেংদোকপিগনি। অঙাং অদুবু মৈদা লৈ কৎহনগনি, থৌনিজগনি পলেম পম্থৌ খুরুমজগনি। সোন্নপুং ময়াই চঙদুনা খুরুমগনি। অহন লমন মরুপ মপাং য়াইফ থৌনিগনি।

*কামপি মৈ ইরাৎ মিংখৈঃ-*

সনা য়াইদি লাইনিংথৌ, য়াই মনিক পম্থৌগী মাচা অহন।
নেং নেং রি রি হুঁ লৈমলেল সিদবী । অঞ্জি মরু সিদবনা,
লুনা থিয়ে লাইনা ফংঙে, সনা মাললে লাইসনা নুংথংরে
অচিবা কৌয়ে (মমিং) চাকখুমগী ফুংগাগী মৈদা ওইরবসু য়াই।
মৈ ফ্রং ফ্রং চাক্লে মৈখু নুংদা কারে। হম্বী হম্বা হম্বা হম্বী
সিরো কংঙো তুম্মো।।

হে হুঁ পা ইবুংঙো লাইনিংথৌ তরা ফিজোন্না নাওকোন্নরিবা তরা য়াকোন্না সিং কৌরে কৌরিবনে লাক্তবা য়াদে লাও। র স. ৩ লাই ওইরে লাইদো মী ওইরে মীদু মৈদা থরবনি লাইৰাসি সোল্লগা চেং হৈ লৈ মৈদা কৎকনি।।

*মৈ কৌবাঃ-*

ঙসি মঙাং কৌবা ইবুংঙো মৈ কৌবা লাই নহাক্তি নমাই মরি পাল্লে। থাংজিং মৈনি মার্জিং মৈনি , ৰাংবরেল মৈনি, কৌব্রু মৈনি, মরিমক সুনা পুনবিরো

*নরৈ ৭ পাল্লি ঃ-* হিখোম্বী মৈনি, য়াইখোম্বী মৈনি। হিকুবি মৈনি। য়াইকুবী মৈনি সিনহেনবি মৈনি। ললহেনবী মৈনি। য়াইসনা মৈনি, ৭ মকপু সুপ্পা পুনবিরো।
*য়েক ৭ কি মৈঃ-* মঙাং মৈ - লুৰাং মৈ খুমন মৈ অঙোম মৈ সরাং লৈসাংথেম মৈ

মোইরাং মৈ খা ঙানবা মৈ। ৭ মকপু সুনা পুনবিরো।

*নুমিৎ ৭ কি মিংখৈঃ-* নোংমাইজিং মৈ, নিংথৌকাবা মৈ, লৈবাকপোকপা মৈ, য়ুমসাকৈসা মৈ, সগোলসেল মৈ, ইরাই মৈ থাংজ মৈ। ৭ মকপু সুনা পুনবিরো

*মৈ মখল ৯ গী মিংখৈঃ-* মৈ মখল (৯) লাইবুংথৌ (৯) সংলেন (৯) উমংলাই (৯) য়ুম্ফম (৯) খুৎশু থাং (৯) মকপু সুনা পুনবিরো থৌনিজরি। হাউং হায়েং। চেং হৈ লৈ কত্তুনা থৌনিজগনি।

## কামপি মৈ ইরাৎ থৌনিরেল

নাহননোং তেংপান মপু হয়ি সিদবনা মালেম লৈসেমগে, তাইবং ফাৎলম লিক্লম্ব সান্নগে নিংঙকঙৈদা, লৈমলেল মৈবু পুথোকপীরে। অদুগী মখা তাবদা মৈবা মৈবু পুথোকখিয়ে, সনামহি মৈবু পুথোকখিয়ে। কোনজিন তুথোকপা মৈবু পুথোকখিয়ে। মায়কৈ ৪ গী চুকসেন মরিগী মৈবু পুথোকখিয়ে। নোংপোক্তা পিসাতাও মৈনে। খাবমদি করিনা মৈনে, নোংচুপতি করনা মৈনে। অৱাংদি নোংদম খুবা মৈনে। নোংথাং লৈমা মৈবু পুথোকখিয়ে। মৈবী ৯ মকপু সুনা পুনবীবা সরুক মক্তবু ওইবিবো।

*মৈ মখল ১২ গী লাইমিংঃ-*

সাজিফু মৈ কালেন মৈ ইঙা মৈ ইঙেন মৈ থৱান মৈ লাংবন মৈ মেবা মৈ হিয়াংগৈ মৈ পোইনু মৈ ৱাকচিং মৈ ফাইরেন মৈ লমতা মৈ ১২ মকপু সুনা পুনবিরক্লবদা। নুমিৎ সিংবুম ৩৬৫ নিনা অমা হায়বা মসক্তু ওইদুনা মপু মানা কাপতু হুই থানা, মৈনা ৱাই তাংনা সম্ন। নাহননোং ৱায়েনখিববু ওইবিরসে চেং হৈ লৈ কৎচরগা নিজবা।

*মৈ চাক্লবাঃ- হে ইবুংঙো নাহাক্কি নতিকতি মখল ৩ নি*

১/ ঘিনে

২/হংগাম থাওনে

৩/কেরোসিননে

অহুম অসিগী মতিক ময়াইদি মসেক মঙালদি মরাই লুকপা হৈত্রবা খাম্বী মৈরিগী পান্দম গুন্নে। মচিন তুমদৈ তুম্বা লাইজ ইসিংগী পান্দমগুন্নে। নাপল চাওবা মালং

হুমোইবগী পান্দমগুমনে। মতিক ময়াই সুনা পুনবিরো নিজরি হাউং হায়েং মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা চেং থোইদিং হঙ্গাম মরু লৈনচিংবা মৈদা কৎকনি।

*পোৎচং ৬ ময়াই ৬ না থাবনেং- ময়াই ৬ তি*

(১) হঙ্গাম মরু অঙৌবা,
(২) কান্ত্রুক অমুবা,
(৩) থোইদিং অমুবা,
(৪) চেংলৈমা
(৫) থুমলৈমা
(৬) মেংক্রুকনে

ময়াই ৬ অসিনা থবনি। মিংখৈ অসি সোল্লগা চেং লৈ থোইদিংনচিংবা কৎকনি।

*সিংখন ৭ তা সিংলম মাপন্না থাবাঃ-* সহিনে কুহিনে উপননে হৈক্রুনে চাওখোংনে নোংলৈসংনে চিংয়েনসিননে উচান্নে ৱাতংনে। মাপন সিনা থাবনে ইবুংঙো মৈ কৌবা লাই নাহাক্তি অফবসু ফত্তবসু চাকই। ঙ সি কৌবা কোরৌগী ৱাংলৈ মিকুপ অসিদা(নপারি নমোম নপীচা) না লংসিল্লকপা পুম্নমকপু চাকপীয়ু হাউং হায়েং, মৈ কৌবা লাইদা থৌনিনা খুরুমজবা।।

*মৈগী মিংখৈঃ-*

সনা য়াইদি লাইনিংথৌ, য়াই মনিক পন্থৌগী মচা অহল
নেং নেং রি রি হুঁ লৈমলেল সিদবী অঙ্গি মরু সিদবনা
লুনা থিয়ে লাইনা ফংঙে সনা মাললে লাইসনা নুংথংরে অচিবা কৌয়ে।
(মিং পন্দুনা) মৈ ফ্রং ফ্রং কারে মৈখু চাক্লে নুংদা কারে
হনবী হম্বা হম্বা হমবী সিরো কংঙো তুম্মো হাউঃ হায়েং।।

অসুম্না সোল্লগা হৈ লৈনচিংবা মৈদা কৎচগনি , থৌনিজগনি। থৌনিবা লোইরবা মতমদা নিজবা থৌজাল পুম্বা লোইনা য়ান্নরবা মতুংদা মৈবু মুৎনবা মিংখৈ পিগনি।।

*মৈমুৎলোন মিংখৈঃ-* লাইৱাঃ-

তিল্লিরেন সিদবা খাইরিরেল সিদবা
ইদাওরেল সিদবা তারোইনাই সিদবা
হুপচিবী সিদবা হুপখাবী সিদবা
তিনঙাংলেন সিদবা তিনসংলেন সিদবা
তিনমুরেন সিদবা তিনমি খাক তিনমি।
হুঁ তিল নংগী নমিংদি তিলিরেলেন সিদবা কৌই।

তিলিরেল সিদবা নঙগী নপুধৌগী মমিংদি
হুঁ হুঁ উং কৌয়ে। অৱাং কৌব্রু চিংদোন্দা
মপুগী হুঁ য়িরোক অসুপ্পা য়িরেল পুং
লৈয়ে য়িরেন পুংগী ইয়াইদা অমম অঙান
লৈয়ে। অমম অঙান অনিনা হায় সুকোক কোক
কোক্লবনি হুঁ উং য়েং। সংগোম্না মৈদা হৈগনি।

মথক্কি লাইৱা অসি সোল্লগা মৈদা চেং থোইদিং কৎপা থৌনিবা লোইরগা, সংগোম্না মৈদা হৈবগা, লাইজ ইসিংনা মৈদা হৈরগা মৈ মুৎকনি, ইরাৎ থৌনিবদা থৌপু য়েক অদুগী (মিং) হাপকনি, অরোইবদা তিনমু লাইমু তিনখাই লাইখাইবীরমগনি। অমাইবা নাহৈবনা থৌজাল লনকুজবা পীনবীরম্নবা থৌনিজগনি। পন্থৌনা মুৎপা লাইৱাসিংনি।

## লাইমিং লৌবগী থৌরম।

লাইমিং লৌগদৌবা (মিং) অদু অমাইবনা, অহানবদা নাহৈ নাসেংগনি। অদুগা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদা থৌনিজগনি। চীংউ খোয়ুম হয়ি লাই সিদবা সিদবী অনিগী মিংখৈরোনবু পন্থৌনা মপাবি মমোমগী নাকোং থোংলেন অনিদা সোনবিগনি। লাইমিং লৌবগী পোৎলম-লংহি থাংদিন ৯ গী ৯ লিক্লাং পবেং ৩ অসিনি।

# লাইমিং লৌবা

*লাইমিংঃ-* হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা
সিদবা সিদবা সিদবা হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা

হয়ি সিদবগী কোলোয় মিংলেন অথোইববু ফংজরবদি খোয়ুম লাইগী লাইমিং ফংজরে। পুক্লিং সেল্লোং নিক্তনা সোল্লো।

*লিক্লাং মরু লাইসোনঃ-* হি মরু য়াই মরু মনিক লাইনিংথৌ
চাক্লিক মরু নোংথ্রৈ মরু মরা ওইনা তুবী
মঙান অরাবা লিকসি লিক্লোই য়াইবী

কোংগোইহুক ময়াই সনচিং চিংকিংবী মরু হিং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি লিক্লাং পরেং উরিক পবেংদা ৩ লক সোল্লগা লুরেল ঙকসমদা হুকপিগনি।

*লিক্লাং ৯ গী লাইমিংঃ-*

হয়া সিদবী হয়ি সিদবা মপুনে, কৌব্রু থাংজিংনে
মার্জিংনে ব্রাংব্রেনে, অতিয়া সিদবনে, ইপুধৌ পাখংবনে
লাইনিংথৌ সনা মহিনে।।

মথক্কি লংলা ৯ অসি থাংদিন লংলা ৯ গী লাইমিংনি। লাইপুংথৌ ৯ গী মসক্কি।।

*খোইথাংলি কিসি ৩ গী মিংখৈঃ-*

১। মতোমলেন ২। য়াইতোমলেন ৩। হিলোমলেন হ ব স মৈ ইসিং নুংসিৎ চংসি চং। হাউং হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি কিসি ৩ দা সোনগনি অদুগা অমুক মখাগী মিংখৈলেন সিং অসি সোল্লগা থাংদিল লংহিং অদু লাইমিং লৌরিবা নুপা অদুদা থাংবিগনি। থাংদিন লংহি লংলা কোইতাংলিবু মতাং অসিদা য়েৎওইননা থাংবিগনি।

*মৈগী মিংখৈঃ-* সনা য়াইদি যাই মনিক লাইনিংথৌ পন্থৌগী মচা অহন নেং নেং বি বি হুঁ লৈমরেল সিদবী, অঞ্জি মরু সিদবনা লুনা থিযে লাযনা ফংঙে সনা মাললে লাইসনা নুংথংবে অচিবা কৌবা (মিং) মৈ ফ্রং ফ্রং চাক্লে কাবে মৈখু চাকলে মৈখু নুংদা কাবে হনবী হম্বা হম্বা হনবী সিবো কংঙো তুম্মো হাউং হায়েং।।

অসুম্না সোল্লগা হৈ লৈনচিংবা মৈদা কৎকনি। য়েক সলাই অদুগী য়াইফনবা লৈখাই তিনখাইবিগনি অমাইবনাঃ-

*মৈ মুৎপগী মিংখৈঃ-*

লৈতাইবী নংনা তাইসিনবিয়ু,
লৈনেৎপি নংনা নেৎসিনবিয়ু
মৈমুৎপী নংনা মুথৎপীয়ু
সুম্মুৎ -সুম্মুৎ -সুম্মুৎ

মথক্কি মৈ মুৎপগী মিংখৈ অসি সোন্দুনা মৈ মুৎপিগনি। অচিক অসা খাইবা মৈবু ওইনা থম্বিরো নিজগনি। মুৎনবা সংগোম্না মুৎথৎপনা অথোইবনি। তাইবেন পুফাইনা লুপ্তুনা মৈদা চাইসিন্দুনা মুৎথৎকনি। খিরে। পলেম্না মুৎপা মৈনি। ■

# লুহোংবা লিক্লম

মতম অমাদা চনু নিঙোল অমবু ঐগী ইমৌ ওইনবা হাইদুনা পিনবা। হৈথিন লৈথিনবা থৌবম্মু ৱারোইপোৎ কৎচবনি, হৈজিংপোৎ পুবা মতুংদা পিপা দা পাওতাকই। চনু নিঙোন গী। নুপানা পাওতক চৎকনি। লুহোংবা নুমিত্তা সোন্নপুং ময়াইদা ইরাৎফু অমা লাৎপা। মিংখৈ সকপা। ইরাৎফু মমাংদা পিপা ফম্বান তোংবা। তোংদবা লমসু লৈ। ফম্বাল মখাদা পাফল য়েকপা। পুন্সি লৈপুন পুনবা কুজপোৎ কৎপা। মিতম ঙা থাদোকপা। তরেৎকি সেঞ্জা কৎপিবা। য়াইফ থৌজাল পিবিববা লৈপুন থোক্লগা কুজপোত্তা হাপ্পা। পিবাগী মমাদা কুজপোৎ সিন্নবা। অদুবু কুজপোৎ য়াবা কৌই। নুপিগী মমানা কুজপোৎ নুপাগী মমাদা পিগনি। লৈমনা ওইদৌবা পিবা ফম্বাল ৭লক কোইবা । চনু লৈমা ওইবিনা ফম্বাল কোইবদি খুনচংলোন্দা য়েৎ ওইননা কোইগনি। কোইবা খুদিংগী লৈবাং খুজোক অমমম লুরেন থক্তা কৎকনি। অদুগা লৈবাং কুনদো পরেং ২ হুক্কনি চনু নিঙোল লৈমনা পিবাগা পুন্না ফম্বাল তোংগনি। পিবানা মঙক্তগী লৈবাং পবেং অমা লৌথোক্লগা চনু লৈমদা হুক্কনি। সোন্নপুং ময়াইদা লৈমগা পিবাগনা য়েত্তা লেপকনি। লৈমনা ওইদা লেপকনি। চপ মান্ননা মমায় নোংপোক ওন্না লেপকনি। চরৈ তুংবুন কিসি অনি পুনগনি। সবি পনদোমনননি। লাইনিংথৌবু থেনিজগনি। অদুদগী লৈমনা মাং থাদুনা ইমুং চংগনি লৈমলেনগী মাসোক কাদা ফম্বাল ফমগনি। কাংসুবী ক্বা লালহনগনি। লৈমা পিপা পলেম পস্থৌ মমানা মমৌদা ক্বা লানগনি। তুংবুল চরৈ কিসি অনি থোক্কনি। পিপানা থোক্লগা, য়েক সাগৈ অহলসিংবু সোন্নপুং ময়াইদা হৈরান্নদুনা সকখঙ মাইখঙনব, ঙাই কোন্নবা মতমদা পিপানা খুরুমগনি । নুপীগী কাঙবুনা পিপাদা তবেৎকী সেঞ্জা কৎপিগনি। নিপা ময়ুমদা লৈমা থিললক্লবা মতমদা পিপানা অহলসিং খুরুমগনি । লুহোংবা মতুং মঙানি সুবা নুমিত্তা নুপা ময়ুমগী অহম্মা চত্তুনা চিংনুং নুংসাং কাইগনি। তরুক্লি সুবা নুমিত্তা নুপী ময়ুমদা মচা নিঙোলগী মমাক ইবুংঙোসু ঙাই সেল পুম্নমক চাক কৌগনি। অদুবু তরুক্লি চাক-কৌবা কৌই। *পিপাগী থৌরম ঃ-* পিপানা লুহোংবা লাক্লমদাইদা য়াইফ থৌজাল পিবা । পিবা কাদা ফক অমা থাগনি। ইরাৎফু মমাংদা হৈ লাকোই ১ ক্বা লাকোই ৩ লৈ লাকোই মেংক্রুক থাংমৈ লৈ কত্তুনা ইরাৎফু হান্না ইরাৎ থৌনিগনি। অমাইবনা হৈ লৈ পরেং থমগনি।

অদুগা পিপানা ক্বা লাকোই অমদা তরেৎকী সেঞ্জা অমমম হাপ্লগা পলেমদা হান্না কৎকনি থৌনিগনি পনেথৌদা ক্বা তরেৎকী সেনজা হাপ্লগা অমুক থৌনিজগনি। পলেম পস্থৌনা লৱাই কোইরেন থক্তা নানবিগনি। থৌজাল পিবিগনি। ফিদা অদু পিপানা খুৎনিংথৌনা সোক্তুনা লাইপক্তা অহুমলক কৎলগা ফমগনি। ইরিক কংগন লৌদুনা

হকসেংগনি লৈ লাংগনি। অদুগী মতুংদা পিপানা লুহোংবা লোইদ্রিফাওবা কনাগুম্বা অমদা মকোক লৈবাক তানা খুরম্বা য়াদে!

পিপানা নুমিৎতুগী স্বর খেফম য়েংলগা খোং থাংগনি লুহোংবা লাকপা মতমদা নুপিগী কোম্থোং য়ৌরগা মৈরা ৩ পাইদুনা মৈথাং ৩ লক ওকপিগনি। মনেম ৩ না ময়াদা ক্বা লাকোই লান্দুনা ওকপিগনি। ময়ানা নোল্লুক্কনি। ক্বা অদু সোক্লগা লাইপক্তা ৩ লক কৎকনি। অদুগা ফমগনি।

মৈতৈনা ইরাৎ থৌনিরোল খুদিংমক্তা খোইজু লমওক মৈওকপা থৌরম অসি চৎনরমমী। কম্বী অমদা মৈ হৌরগা খোইজু লৈখাম মেংক্রুক হাপলগা মৈখু অদু চংঙকইবা মীওইসিংদা হুমজিনবিরগা, অমাইবনা ইসিং তাইরেন পুংফাই পাইদুনা নাহে নাসেংবীগনি মফমদি -কোম্থোং নত্রগা সুমাং ময়াইদা অদুগা য়ুম চঁঙকই। তিলমু ফত্তবা তিনজা ফত্তবা তুরৈ ইরৈ চেন্দনবা লাই তাইনবগী থৌরম্নি। অদুবু মৈ ওকপা কৌই।

খোইমোম পাম্থোইবী লুহোংবদা খাবা মরাংয়াইদা থিনখিবদা, খাবা কাংবুনা কোম্থোংদা উচান খাম্বী মৈরা ৩ চিলোক্লনা থারগা খোইজু লৈখাম মেংক্রুক কবোক অফাবা মৈ দা কৎলগা মৈথাং ৩ লক ওকখি। অমাইবনা নাহে নাসেংবীখি। মনেমবোক মনুতেকঙানা চবৈ মইনফিনা কোল্লগা মমৌবু মরানয়াইদা পুসল্লকই। কংলৈ সুমাং মথৌপুং, নোল্লুক্লখি অসুম্না ঙসি ফাওবা লুহোংবগী মৈরা ওকপগী মওং অসি চৎনরি।

*মৈরা ওকপগী মিংখৈ-* মৈ ইসিং নুংসিৎ লৈপাক -অতিয়াগী
মতিক ময়াইওইবা খাম্বী মৈ ওক্লে। য়াইফরে॥

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা মৈরা ৩ পাইদুনা চিনওক্লরগা, কবোক অফাবা মেংক্রুক লৈননচিংবা চাইসিন্দুনা মৈথাং ৩ লক ওক্কনি। তিল লাই ফত্তবা তাইবা থৌরম্বু মৈ ওকপা কৌই।

*উমং লাইগী পোৎলমঃ-*

ফিরুক ১ কবোক মতুম ১ লফোই লফাং চং ১
হৈ অমা চু মকক ১ মৈরা ১ ক্বা মনা ১ ক্বা ১তরেৎকি সেন।

মথক্কি পোৎলমসিং অসি লুহোংলিবা নুপি অদুগী কোনথোংদা লম অদু কোল্লিবা উমং লাইদা কৎচররগা থৌনিবীগীগনি।

*মিতম ঙা কৎপগী পোৎলমঃ-* ফিরুক ১ ঙমু ৭ হৈ লফোই ১ ক্বা লকোই ১ মেংক্রুক থাংমৈ তরেৎকি সেনজা ১ অসিনি।

কুজ্জা পোৎ কল্লকপা মতমদা মথক্কি পোৎলমসিং অসি পুদুনা নুপা নুপি অনিগী মীওই ৩/৩ না চত্তুনা লাইজ ইসিংদা ঙা কৎকনি থাদোক্কনি। অসিগী পারি ইমোম

অনিগী অতেক অকাই, অফ  নুংঙাই  খুদম য়েংবনি। মসা কনবা ঙামু অনিদং খল্লো ইসিংদা চপ মান্ননা কৎচগনি (থাদোকপিগনি) ঙা অনি অদুনা পুন্না মসা খিং খিং লাওনা চৎমিন্নখ্রবদি য়াম্না য়াইফরে। ঙা অতৈদি ইসিংদা থাদোক্লম্মু।

*কুজা পোৎকি পোৎলমঃ-*

হৈজাং ১ য়ুবী ১ ফৈজোম ১ কাতি ১
খুজিম্থাং ১ কোয়েৎ ১ লৈসং অমা লৈপুন্নে
লংহিং  চিংথৌ কেতুকি মনা সমচেৎ ১
লফোই  চং থোকপা ১ চেং খর মিংসেন ১
কম্বী অমা ক্বা মতোন থোকপা অমা মনা ১ সেল
লুপা ১ফিরাক তাইবা ফি ১ সিং ওইকোন
য়েৎকোন ২থুম ২ নুপী ময়ুমগী থৌরাংনি পুন্না
য়োমগনি।

মথক্তি পোৎলমসিংসি কুজা পোৎলম কৌই। পুম্নিগী ললউন পোৎনি। হাইরিবা কুজাপোৎ অসি নিপাগী মমানা য়াগনি। কুজা পোৎ অসি ময়ুম য়ৌরগা লৈমা, পিপা নত্তনা অতোপ্পনা সিজিন্নবা য়াদে। কুজা পোৎকি  লফোই অদু,  লৈমা পিবা অনিগী কাংথোল লুখুমদা থমগনি। পিপানা চাগনি। কুজা পোৎ অদু নুপীগী পলেম মমানা ঙাই ওইরিবা পিপাগী মমাদা পিগনি॥

*সাগৈ অপোকপা হৈজিং পোৎলমঃ-*

হৈজাং ৩ হৈক্রু ৩ হৈনিং৩ হৈনৌ ৩ লফোই চং ৩
চুঙৌ তাঙ্কক ৩ লৈসং মতোল ৩ য়ুবী ৩ কবোক ৩
ক্বা মকু পানবা ৭ মনা ৭ পান্নাও  ৩ সিংনাও  ৩ য়েৎকোন-
ওইকোন ৩/৩ লসিং মপুম ৩-৭ সু য়াই।

পোৎলমসিং অসি ৩/৩ না খুজিং ওইদুনা হাপকনি অদুগা ফিরুক অমদা হাপ্পগা সেম্মো অদু পুনগনি। অপোকপা পুরোল ৩ নৎত্রগা ৭ না নত্রগা ১৪ দা কৎকনি। চং থোকপা অসিনা কৎকনি। অপোকপা খুভমদা কৎকনি। মপা লাক্লা কৎপসু য়াই।

*অথেমপোৎকী পোৎলমঃ-*

চেং খরা এনসাং মরোই মপাং খরা
লফোই চং১ থুম অমা হৈক্রু ১ হৈনিং ১
হৈজাং ১চুঙৌ মকক অমা লৈসং মতোন অমা
যুবী অমা কবোক খর ক্বা ১ মনা ১ পান্নাও
সিংনাও লুকমাই অমদা হাপকনি।

অথেমপোৎকি পোৎলমসিং লৈমলেলদা কৎকনি।।

*চিংনুং নুংসাং পোৎলমঃ-* চেং ফিরুক ১ থুমপাক ২ পান্নাও ২
সিংনাও ২ হৈ মনম নাইবা অমা পৈসা ১

নুপী ময়ুমগী ফু ঙ্গাগা লাইরু মমাংদা থমগনি। ৫নি চনবা নুমিত্তা নুপা ময়ুমগী নুপি ৩ নুপি ময়ুমগী নুপী ৩ গা পুন্না থৌনিজরগা, চিনুং নুংসাং ফিরুক অদু কাইগনি। খুদম য়েংগনি। ককচেংনচিংবা তিন মচা য়াওরম্বা ফৈ। অসিবা য়াওরবদি ফত্তে। *হৈজিংপোৎ থাবদা পুগদবা পোৎচংঃ-* অপোকপগী ফিরুক অমা উমং লাইগী ফিরুক১ হৈজিরাই ৩ নত্রগা ৭ পুবা য়াই। সোন্নপুংগী লাইনিংথৌদা কৎনবা পোৎলম- কবোক হৈরুক ১ ক্বা ১ লৈ লাংনবা দোনা অমা মেংক্রুক থাওমৈ পৈসা ১ তাইরেল পুফাই নাহৈ নাসেংনবিগনি *হৈজিং খরাইদা হাপকদবা পোৎতিং-*লফোই চং অমমম, কবোক, হৈজাং চুঙৌ তাংকক ১ হৈক্রু ১ হৈনিং ১ হাপকনি।লৈমগী ফিজেৎ লৈতেংগী পোৎলম, অচা অথক্লচিংবা কয়া লুকমাই অমমমদা সেমদুনা পুগনি। অদুবু হৈজিং খরাই পুবা; হৈজিংপোৎ নুমিৎনি হায়নৈ।।

নুপী ময়ুমদা- নুপা ময়ুম্না হৈজিংপোৎ কৎলববগী মতুংদা নুপীগী মৌপব্না অমনা নুপা ময়ুমদা লাক্কুনা ক্বা লফোই ৩ ক্বা তংখাই মঙানা সেম্বা লাকোই অমা লৈ অঙৌবা পরেং ১ কৎকনি। লুহোংবগী "পিপা ওইনা লাকপিয়ু হাইনা পাও তাক্লমগনি।। অদুবু পিপা পাওতাক পিবা হায়না কৌই। লৈপাও পিবা (বর বার্তোন) হায়না কৌই।

## লুহোংবগী পাফল



সোন্নপুংদা পাফল য়েক্লিবা অদুগী মথক্তা লুহোংফান থমগনি। অদুগী মমাংদা হৈকুক লকোই ১ ক্বা ১ লকোই ১ থাওমৈ ১ তরেৎকি সেনজা ১ লৈনচিংবা কৎকনি। অদুগা পিপা অদু সোন্নপুংদা পুসনগনি নোল্লুক্কনি। সংলেন মপু নোল্লুক্কনি লুহোংফান খুৎনিংথৌনা ৩ লক লাইপক কৎকনি। অদুগা ফমগনি। পিপাগী মাংদা নুপী ময়ুমগী পন্থৌনা মাই অব্রাং ওন্দুনা হক সেংগনি। অনম অথৌ কোক্কনি। ইবিক কোংগোন ৩ লক লৌদুনা হক নুং সেংগনি। পিপাসু সেংদোক হাযদোক্কনি। ইবিক কোংগোন ৩ লক লৌহনগনি। পিপাগী মমাংদা ইসিং খিকথগনি। অদুগা মথক্তা লাকোই অমা থাগনি।

*ইরাং থৌনিরোল মিংখৈ অহৌবা ঃ-* ঙসি লোইদাম থাজ (লমতা) থাগী মকমৈ (১০)নি পানবা (থাংজগী) য়াইফ পুংফম (৪) তাবা মতম অসিদা য়েক সলাই (মঙাং)দা পোকচবা (মীং) গী ইমোম লাংলেন (মিং) চনু অসি থাজ কুজগে হাইবগী ইবেম্থৌ পীরোল ৩/৭ মক ইপুথৌ পুরোল ৩/ নত্রগা ১৪ কোলোয় মিংকৌ তম্না খুফাং চেপ্না লোন্না ইরাং থৌনিজরি। থৌজাল লনকুবীয়ু হাউ ং হায়েং পিপাগী মমাংদা মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা লাকোই অদুদা লৈ ইসিংনচিংবা হাপতুনা কৎকনি ইসিংসু কৎকনি। য়েক সলাই (মঙাং) (মিং) দা ইমোম (মিং) চনু অসি থাজ লনকুজগে। লৈরাং লৈকৎচগে। লৈপাক নিংথৌ অনিমকনা ফাকুপ নঙে ব্রাদি লৈপাক মমিং ফা কৌয়ে। নোংথৌ মমিং কু কৌয়ে। লাইনিংথৌনা লৈপাক নোংথৌ অনিমক্কি মরক্তা সনা ক্বাগোক কুমবগী মিংলেন্দি তিংখাক কৌয়ে। লাইবেম্বীগী মিংলেন্দি-কোন্দে লৈরাংনু তাহ জিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোনবা মতমদা পিপাগী য়েৎকি খুকউদা ওইগী খুৎনা সোক্কনি। য়েৎনা ইরিক কংগন্না ইসিং কনন্দুনা মাংদা লাকোই অদুদা কৎকনি। লৈ মনা অমসুং লাকোই কৎকনি। লৈ মনা অমসুং লকোইদা কৎকনি।পিপাগী লুরেন্দা লৈ ইসিং কৎকনি।

লৱাই কোইরেন সেম, নাপ নাকোং সেং
মিৎকোই চাইজি সেম লাইপক খেন্নাই সেম
পিসুম পাগোই সেম নাখোং নাচি সেম
নাতোন নাকচি সেম খজাই চাইরুং সেম
চিনবান য়ারেন সেম, খোইজি খোংখা সেম,
খৌরি লুকখম সেম লুমাং সদুম সেম,
তানফম খোইখা সেম, খুনিং পাম্বোম সেম
খুজেং খুনিং সেম খুৎনম খুবাক সেম
খুৎপি কারোং সেম খুজিং লৈকানচিংবা সেমদুনা
অসেম্বগা অসাবাগা লাইয়িংথৌ নংবু তাইজগে
কুবিয়ু হাউং হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা ইসাগী হক্তা লৱাই কোইরেন নাখোং নাচি ২ লেংজুম ২ মফম ৫ অসি সোক্কনি। লাকোইদা লৈ কৎকনি । তাংকক অমা খৈরে।।

# ইমুংগী থৌনিরোল

ইমুংদা অমাইবনা চনু লৈমগী ,য়াইফনবা থৌনিবীগনি। পন্থৌনা নাহৈ নাসেংগনি। চনু লৈমা অদু ইরিক কংগন অহুমলক খুবাক্তা হৈরগা হক নুং সেংগনি। অদুগা পলেমদা হান্না থৌনিজগনি। পলেম্না থৌজান পিগনি। অদুগা পন্থৌদা অমুক থৌনিগনি। পন্থৌনা থৌজান পিবীগনি। চনু লৈমা অদু নিংসা সোর য়েংদুনা স্বোরনা লৈবা মাইকৈদা খোং হান্না থাংদুনা খোংদোইরক্কনি। সোন্নপুং লাইবক কত্তুনা নোললুক্কনি। ফম্বাল মাংদা ফমহনগনি। অমাইবনা নাহৈ  নাসেংগনি। চনু লৈমগী খুবাক্তা ঈরিক কংগন ৩ লক হৈদুনা হক সেংগনি।

*অতাই কসা অপোকলোন লাইমিংঃ-*

হে বুংথৌ হে বেম্মা য়োইবু কসা তাই
য়োইরেন কসা তাই, য়োইহৈ চিগা তাইগে
তিলমু হোইবু লাইমু হোইবু তাইগে
কসা চৎপি তংগা চৎপিবু তাইবা,
থম্মোই নমোইবী সুক্কু হৈবিবু তাইজগে।।
সোইকু হৈবি ললকু হৈবীবু তাইজগে,
থুমকু হৈবী ফৌকু হৈবীবু তাইজগে,
চাককুবি তমপাক, পোকপিবু তাইজগে,
থাবি পোকপি নিংথৌ পোকপিবু তাইজগে।
হুপ্পা হরা পোকপিবু তাইজগে।
সুক্কাও সোইনাওনি খুনহোং লৈহোংনি।
ঐবু সিজবা- চিংঙু ইবুংঙো নিংথৌবেল
অথোইবা নঙবু তাইগে লাইরেম্বী সিদবিবু
তাইজগে তাইরবনি থৌজান লনকুবিয়ো। হাউঃ হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা চনু লৈমা পিপা অনিমক তুনা তাইরেন পাইদুনা সেংদোক হাইদোক্কনি।

*লাইরেম্বিগী মিংখৈঃ-* লাইরেম্বিগী মিংখৈদি কোন্দে লৈরাংনু কৌই
লাইরেম্বিবু  তাইজগে কুবীয়ু হাউং হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা, নুপীগী য়েৎকি লেংজুমদা পন্থৌনা ওইগী খুৎনিংথৌনা সোক্কনি। অদুগা নুপীগী লুরেনথক্তা লৈ ইসিংনচিংবা কৎকনি। নুপী মমাংদসু লকোই অমা থম্লগা লৈ ইসিংনচিংবা কৎকনি।

*পিপাগী পুরোন মিংখৈঃ-* ঙসি লোইদাম থাজ (মিং) গী
নিংমাং (১০) নি পানবা কোরৌ (নিংথৌকাবা)
নুমিৎ য়াইফ পুংফম (৪) তাবা মতমদা
য়েক সলাই (মঙাং)দা পোকচবা নদাইরেম (মিং)
সিঙেন পুখোং খংনা লৈরাং লৈকৎচরে।
মপারিবু পোকপা ইপা ইপু ইবুধৌ পুরোন ৩
৭ মকপু ইবেনধৌ পুরোন ৩/৭ মকপু থাদনা
খোইয়ুম লাইমিং সোন্দুনা। য়েক সলাই
(লুৱাং) দা পোকপী (মিং) অসি ঙসিদগী
থাজ ললকুজরবনি হাউং হায়েং॥

মথক্কি মিংখৈরোন অসি সোল্লগা, পিপাগী মাংগী লাকোই লাদা চেং লৈ ইসিংনচিংবা কৎকনি।

*লৈপুন মিংখৈঃ-* হৈরাংনে তাওজিংনে মসুংনে
সিঙেন্নে লৈরাংনে তাইজিক্কে
হে কৌবদি নুপানে লৈ কৌবদি নুপিনে।
থাবু সিঙেন কৌরে। নুমিৎপু লৈরাং কৌরে।
নুমিৎ চৈসিং ৭ মদা লাকপা
হৈরোম সিঙেন হৈরাং লৈবাং অনিবু
য়াইবি লৈপুন পুনবিরবনে য়েক সলাই অনি তাইনরে।
হাউং হায়েং॥

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা ১ নুপীগী মখুৎনা মখা থাগনি। নুপাগী মখুৎনা মথক থংগনি নুপাগী মখুৎনা মথক থাদুনা লংজা ৭ না নুপি মমানা লৈপুন পুনবিগনি। লৈপুনগী মথক্তা কুজা পোৎ থাংগৎকনি। কুজা পোৎকি মথক্তা লৈ কৎকনি। কোরৌ মালেম অনিগী ফিথুপ কাইফদে। মতাং অসিদা মীতম ঙা থাগনি। কৎচগনি॥

*থৌজাল মিংখৈলোনঃ-*

হে চিংঙুখোইয়ুম লাইনিংথৌ
নাহাক্না সিম্হোং ওইনা থম্বীবম্বা
ইপা ইপু অপোকপা মথং মথং চৎনরকপা
খোইয়ুম লাইগী খুৎসেম্বু কাইদনা পাগী পারমথি।

নুগী নুরম থিদুনা থাজ  ললকুবিরবনে।
ঙসি কোরৌ নুমিত্তা ইকুনা ইমোম চনু লৈমা
লৈরাং লৈকৎচরে। লৌসিং নৱা ওইবিনি।
পারি ইবুংঙো , ইমোম ইবেম্মা নখোয় অনিমক্না
পাইমা খোইচংনা তিল্লাং খোইতানা
য়াইফ থোইনা পুন্সি নুংসাংনা সুক্তা সোইদনা
ইপা ইপু অপোকপা খোইয়ুম লাইগী থৌগনবা
পুক্লিং চেৎনা পাল্লো  হাউং হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা কুজপোৎকি মথক্তা চেং লৈ ইসিংনচিংবা কৎকনি। পৈসা লুপা ১ কৎপিগনি। অউন পোৎকি পোৎলমসিং অদু তাইরেল মনা পাইদুনা ইসিংনা হায়দোক সেংদোকপিগনি। অদুগী মতুংদা অহল লমননা কৎপিগনি। অদুগা পিপা কাংবুসু কৎপা যাওবিগনি। অদুগা চনুরা লৈমা কয়াসু কৎপিবা য়াওবা  য়াবে। কৎপগী থৌরম অসি লোইবগা নুপিগী মমানা লৈপুন থোক্কনি। অদুগা কুজপোৎ  মথক্তা লৈপুন হাপ্লগা পুরক্কনি নুপীগী মমানা কুজপোৎ অদু খুৎসিনহনগনি । পিপা মমাদা কুজা পোৎ য়াহনগনি। লৈমনা পিপা ফমবান ৭ লক কোইগনি। খুনচংলোন্দা কোইগনি য়েৎওইননা। কোইবা খুদিংগী য়েৎওইননা। কোইবা খুদিংগী লৈরাং খুজোক অমমম লুবেন্দা কৎকনি। খুফাং ১০ নোন্দুনা নোলুকচগনি। অরোইবদা লৈরাং কুন্দো পরেং অনি ঙক্তা হুক্লমগনি।  লৈমা ওইথম ফম্বাল লাংগনি। পিপানা মাগী মঙক্তগী লৈ পরেং অমা লৌথোক্লগা লৈমগী ঙক্তা হুকপিগনি।

অদুগা সোন্নপুং ময়াইদা লৈমা পিপা নোংপোক ওন্দুনা খম্বাং লেপকনি।  চবৈ অনি লৈপুনমিন্নসি স্রি ৱাসকপনি।

*সরি ৱাসক ৱাহৈঃ-* ঐখোয় অনিগী পুন্সি অসি ঙসিদগী
লৈপুন ওইরবনি সারিসো, সারিসো সারিসো।।

অমাইবনাঃ- ঙসি পারি ইমোম ২না লুহোংবা অসি চাওদা নাওদানা পানমিন্নসি, পুন্সি লৈপুননসি হায়না সরি ৱাসক্লরে। য়াইফরে।।

নুপিনা মমাং থারগা নুপানা তুং ইন্দুনা ইমুংদা চংঙক্কনি হৈরান্নগনি। নুপিনা নুপাদা লানগনি। নুপানা অমুক নুপিদা লানগনি। চরৈ কিসি থোক্কনি। পিপান থোক্কদবনি। মিংখৈ লোইসিনগনি।

নুপী ময়ুমগী অহনসিং খুরুমগনি। পিপা সেনবদা তরেৎকি সেনজা  পিবানা কৎকনি। কোয়েৎ লৈপরেং লাইনিংথৌদা কৎকনি। নোং ঙাল্লগা থৌনিজদুনা পুন্সিগী মরন ওইনা চেকসিন্না থমগনি লৈপরেং অনিদু। লুহোংবা থৌরম খৈরে। ❑

# কৈন্যা কৎপা- অহোং য়োইথোনবা

*কৈনা কৎপাঃ*-নাহাননোং হয়িঙৈ -মাংলম চৎকি চৎন পথাপ- কৈনা কৎপা (অহোং য়োইথোনবা)সু হায়রম্মী। হায়বদি মচা নিঙোল থাজবগী থৌরম থৌনিরোলনি। হাইনা সিংনবা ওইরবসু নত্রগা চেনবা ওইরবসু য়ান্নবা মতুং ইন্না অসুম তৌনসু চৎনরমই। মৈতৈ ইপা ইপুসিংনা পিপা ফম মাঙ্গোন্দ ফম্বাল অমা থারগা পিবা ফম্বাল ফমহনগনি।। অদুগী মমাংদা ইরাৎফু অমা লিংলগা ইরাৎ থৌনিগনি। ফম্বাল্লোন থৌনিরোল মিংখৈ সোনগনি। নুপী অদু পুথোক্লগা অমাইবনা নাহৈ নাসেংগনি। ইরিক কংগন লৌদুনা হক নুং সেংগনি। লৈপুনবিরগা কুজপোৎ কৎকনি। লৈমনা লৈ পরেং অঙৌবা কুন্দো পরেং ২ পিপাদা হুক্কনি। পিপাগী ওইদা ওইথম ফম্বাল লাংগনি।
পিপানা লৈপরেং অমা লৌথোক্লগা লৈমদা হুকপিগনি। নিপা মমানা কুজ পোৎ য়াগনি। অদু লোইরগা নিপাগী ময়ুমদা থিনবিরক্কনী। ৬নিশুবা নুমিত্তা চাককৌনি। নুপী ময়ুমদা অদুদা নিপা নুপী ২ গী য়েক সলাই, ইপা ইপুগী অপোক অসা তম্লগনি।।অদুবু মৈতৈগী চৎন পথাপ। কৈনা কৎপা(অহোং য়োইথোনবা হাইনা কৌই।। খৈয়ে।।

## লাইতিন থাবা লৌখৎপা

মতমগী খোংলৈ সুরদানা চনু পিপা চেন্নরগা ময়ুম পানববু - লাইগী হৈকৎ লৈকৎ তম্বা কৎপা থৌরমবু । মৈতৈ য়েক সলাইগী মনুংদা লাই তিন থাবা লৌখৎপা কৌই। লৌখৎপা নুমিত্তা পিপা ময়ুমনা চনুরা ময়ুমদা- ইপা ইপু অপোকপগী হৈকৎ লৈকৎ তম্মা কৎকনি। লাইগী পুবক্লিবা কবোক হৈ লৈ নচিংবা সোন্নপুং ময়াইদা অমাইবা নাহৈবনা অনম অথৌ কোকথোকপিদুনা , তেংবানবগী মপু হয়ি সিদবদা কৎকনি। নিপা নুপীগী পম্থৌ অনিনা মচাগী য়াইফা থৌনিগনি। চপ মান্ননা খুরুমগনি থৌনিগনি। পোৎলম পুম্নমক নাহৈবা অমাইবনা তাইরেল পুংফাইনা খিক্তোক হায়দোক্কনি। লৈমা পিপা অহল লমন খুরুমনগনি। অদুবু ঙাই সেন কোন্নবা কৌই। পিপানা নুপি ময়ুমগী অহনসিং থৌনিনা খুরুমগনি। অহল লমন্না য়াইফরে হাইগনি। অদুবু য়েক সলাইগী মৈতৈগী চৎনবীদা লাইগী লিক্লম কাইদনবা তাইবংনা সেম্বনি। মসিবু লৌখৎপা কৌই। ৬নি সুবা নুমিত্তা চাক কৌনগনি। ■

# সিংগুমলোন থৌনিরোল

সিংগুমলোন থৌনিবোন হাইবদি- নাবা সিবগী থৌরম থৌনিরোনবুনি। অদুবু মৈতৈনা সিংগুমলোন থৌরম থৌনিরোন কৌই। অসুম্না পথাংকোক্লা পুথাংকোক সিংনা চৎনবকপা থৌরম লিক লম্বু য়েক সলাইসিংনা মৈতৈগী চৎন পথাপ ওইনা কাইদনা চৎলি।

হায়বদি - নহান্নোং হয়িঙৈদা, হয়ি সিদবনা কাওরেল সন য়োংমানবি ওইনা লাংওল্লগা অমন সিংঙ্গুম হনখি। অদুদি মখাগী অসুম্না পাংথোকখি। সিংখন ৭ কন্দুনা মৈফম অদু সেম সাখি সিংখন ৭ কি মসক্তি কোরৌ নুমিৎ ৭ নিনা সিংখন ৭ ওইববনি। কোবৌ নোংলেন ৯ গী মসক থকখন (চন্দুব্রা) ওইনা খনখি। থকখন অদু মখোং মবি য়ুংদুনা খনগনি। মখোং ৪ অসি থাংজিং মার্জিং ব্রাংব্রেল কৌব্রগী মসক্লি। অদুবু চুক চিব্রা মখোং৪ হাইনা খংনৈ। সিং অদুদি হয়িগী মতুম মান্না সাইওনবা সিংনি। থাঁজ ১২ না অনি থোক্লা থুপ্লগা সিনথুপ কৌই। সিনথুপ ৬ না উয়ুং-৬ ওইখি। লাইজ খাম্বী মালং ৩ না পন্দলি ওইখিয়ে। পন্দলি থৌরি ৩ অসিদি তাইবং হকচাংনা সিংথক্তা কোক অব্রাং ওন্না থাংগৎলগা, লাইগী পন্দলি থাংদিন্না ঙক মপাদা পুনগনি। খাম্বীগী পন্দলি থাংদিন থবাক মপাদা পুনগনি। লব্রাই মপাদা কোম ১ তৌগনি। ঈসিং থন্না থন্না হৈগনি। তাইবং সেমলকপদা লাইজনা কোক্তা থোংখি, কোকথোন্না পুদুনা ফাওবকই। অদুবু ইসিং যাব্রা কৌই। অমাম সিংগুম্বা লুদা থোংনা পুখিনি। হযিগী খুবাক্লা ওইখিবা হুমাই। সিংগুম মৈদি-হয়িনা সন য়োংমানবী সনতুপ ওইনা সায়োনঙৈদা মৈকুংদগী লৌখিয়ে।।

লিক্লম কৌব্রুদগী হৌনা য়েৎওইননা লৈদুনা মৈ কোইগনি। সিববদি মপোক অমা লাংওনখি। মৈ কোইবদি ৩ লক কোইগনি। সিংগাই পাহোম্বা, পুবৈ মৈ কোইবা পাচা যেক সলাইনচিংবা খুত্তা মৈহুম ১ পাইদুনা পুরৈ মৈ কোইখিয়ে। সিংগাই পাওহোমখিযে, মৈনা ব্রাইনা তাংনা সম্না নোংদম্লি। তাইবংগী হকচাংবু মৈ অসিনা ব্রাইখিয়ে, মৈ অসিদি মপু মাহাক্তগী পুথোল্লকপনি। মৈ অসিনা ঐগী ইসাবু তুম্লগা মপু মাহাক্কি মফমদা অমুক তিলখিয়ে।।

অসুম্না তাইবং মীনা ঐনা লালখিবা মপু মাহাক্লা খংবিবমগনি। মাহাক্লা লালখিবসু খংবিরমগনি। অয়োন অবান ঙাকপিয়ু হায়জনবি। অদুবু মৈরা পাইদুনা সবি ব্রাসকপা কৌই। খাদা মৈ চুবা হৌগনি। মৈ থাবা লোইববদা মৈ থাখিবগী সক তাংগোই মচেৎ অমা লৌবগা, ইসিংদা থাদগনি। লোইবেন খুনবিলোক তাইবংগী চৎলম থোংনে। চৎলম থোংদা তিল্লবদি অমুক পোক্লনি অসি ব্রাবু হয়ি সিদবনা মপাবি পাখংবদা তাকপিবম্মি। ঙসি ফাওবা মৈতৈচাসিংনা য়েক সলাইনা অকাওবা লৈতনা চৎনবি। পোৎলোইবা হাইবা অসি মখল ৫

থোক্লা লৈ - মদুদি- (১) মৈগী পোৎলোই (২) লৈপাক্কি পোৎলোই (৩) ইসিংগী পোৎলোই (৪)নুংসিৎকি পোৎলোই (৫) অতিংঙাগী পোৎলোই তরং হীলেল হিথাবা-খোইয়ুম লাইলকচন ৫ অসিনি। মতম অমদা ককয়েল মীওম্বানা অসিবা মীবু চাবসু লৈখরে।

*সিংগুম পোৎলমঃ-* ফেজোম ১ থাংদিন ১ লিক পরেং ৩ ফনেক ১ কু-কাই ১ থকখন ১ চুকচিৱা ৪ পন্দল্লি ৩ হুমাই ১ মৈয়োক চফু ১ মৈকোই চফু১ মাইথ, ফৈজুপ মরোল ৩/৩ চেংজেন ময়োম ১, লৈ মাইখুমফি ১ খুয়া খোইদৌ লুখুম সেনখাও ৩ সংরি। ক্কা লাকোই ৩ লৈ লাকোই ৩ লংহি হংগাম মরু খরা।

*ফম্মাং খোংসান থৌনিরোলঃ-* ফম্মাংদা থৱাই য়াইবিগা হকচাংগা খাইনরমদাইদা সামু হকচাংবু নাহৈরোন ইরু সাদেংগনি। লাইয়িংথৌদা ফিরোই অহনবা কৎকনি। মেংকুক থাংমৈ কৎকনি। নকসা থিনবিগনি লাইপক্তা লালন লমদাং মিংখৈ তাকপিগনি। য়ুমগী মেন উবেপ পাবা উখোংদা অমাইবা তাংবল ফিদা অমা থাগনি।

*লালন লমদাং লিক্রমঃ-*

তাইবং মপুগী পাওতাক পাওজেল লাক্লে। ৱাবা ফৈরেন লত্তবা ফম্মং চীং খুনু মিৎসনা তাম লুরুক চীংদী থৱাই য়াইবী ৫ মকপু কারক্লে। খা -খোং লাইখোং মরোং খোং হৌরক্লো তিল্লিরেন খায়িরেন লায়াইরেন হৌরক্লে। মালং ১০ হৌরক্লে। কাক্তা চিংলুখম তম্লক্লে। য়াওরৈবী খোং তম্না কারক্লে। তাক্লা খোং য়ৌরে। থাংজিং চিংলু খুদম থমগনি, ইপুমলেন সিংলিদা চংখিদুনা নুংসিৎ পোকখাইরে। নানরম সংগোনগী মৈফুদা পাল্লে। খাগী মৈরম ১২ মৈ হৌরে। সম্বোং চিংগী চীংমৈতেক চাখা চীংখৈ চীংদা থৌৱাই য়াইবী ৫ ফা সনা লিক্লু তুৎ লৈমরেন খুনগুমগনি। য়াইবিরেন সিদবা খোংসানগনি । অসি থোংবু হাংগনি। হৈনম লৈনম ফংগনি। অসি খোইরি কৈথেন কাগনি, সিংচু চাগনি। খম্নুং অমম থোংলেন ইপাকপু হো-না নৌ ওইরো না হি ওই সোনা হিরানগনি, খম্নুং লম্বী চৎকনি। চীংসাং লোকচপ ইরম ৫ ফাংবদি ময়াই খাইনা চৎকনি। তরুং লাইফম য়েৎওইনা লাংকোন নিংথৌ লোক য়ৌগনি। থৱাইগী পোৎথাফম মৈগী মসাইকোন, লাইজ খোম্লাং থক্কনি ইমান লাইসং থোংলেন হাংগনি, খম্নুং ফাংখোং পাইগনি। হয়ি হয়া অনিবু উজগনি। মিৎ কুপতনা য়েংগনি। মিৎকী পিরাং কৎকনি। য়াইফ থৌজালবিগনি।

*নোংকারোন মিংখৈঃ-* ১ থাজলেংন- থাজৎপদা সিন্নখি।

২ থাজৎপন- ওকপুরোইদা সিন্নখি।
৩ ওকপুরোইন-তাওহিংলেলদা সিন্নখি।
৪ তাওহিংলেন্ন-থাবাদ সিন্নখি।
৫ থবান- সজিক্তা সিন্নখি,
৬ সজিক্ল নুমিত্তা সিন্নখি
৭ নুমিৎনা সেংবিরগা থাদা সিন্নখি।
থান মপুগী লৈকোন্দা পুসিনবিরে
হয়ি মাগী মকাইফমদা লৈরাং লৈনম
ওইনা তিনজখি। হয়া হে হয়ি সিদবা।।

মথক্কি মিংখৈ অসি তাকপিরগা লালন লমদাং ওইহনগনি। মখোংনা মাং থারগা ফুংগা লাইরু য়েৎওইননা কোইরগা মী ৪ পাইরগা অমাইবনা খোইদা সেন অসৈ তেরান সক্লা খোংসানগনি, লময়াই কাই থিল্লক্কনি।

ৱাহৈদি- চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ
মালেম তাইবং পানবা মপুগী
সনা মফম লাংদা লৈকা য়াথোকসংদা
(মিং) অসি কংলা খোংসাল্লসে
হয়া হে হয়ি সিদবা।।

*মপান লৈকা য়াথোকসং হায়বদি* - চুকচি ৪ য়ুংবা " লৈকুসং,, য়েৎনা লৈদুনা ১ নৎত্রগা ৩ লক কোয়রগা অৱাংদগী খোংনা সংগী মনুংদা লোঙনা চংঙক্কনি। কোক্লা অৱাং পাংগনি ওনগনি। লৈগা লাগ তাইনা অমন য়াতারগা অমাইবনা অসিবা মীগী মমিং হাইরগা মালেম ইমাগী মতম্বাক্তা সিন্নরমগনি।

*সিন্না ৱাহৈদিঃ-* ঙসি চাওবা চাওবীগী
থৱাই য়াইবিদি তাইবংপানবা
মপুগী লৈরাং লৈনম ফংদুনা
থৱাইরেনবু তান ফংখ্রে।
তাইবং হকচাংদি মালেম ইমাগী
তমপাক মথক্তা সিন্নরে।

মথক্কি ৱাহৈসিং অসি হাইদুনা সিন্নরমগনি অমাইবনা, ময়াম্না য়াইফরে হাইনা খুমগনি।"অমাইবনা অসিবা" থাদোক্লল্লগা পুং য়ৈবা ইসৈ সকপা অহল লমন খুরুমগনি।

লমসোনবিগী লময়াইদা পোত্থারিবা মহকচাংদো ইরুজবিগনি। চরৈ মফি হোংগনি। অসিবদি চরৈ ফিসেৎ ইনা নমগনি । অদুবু তুংসেৎ নামৈননা মালং খোংগাওনবা

, নিং মাং ওনবা কৌই। অদুবু অনম অথৌ কোক্তুনা হকসেংবিরগা লাইপক্তা মালেম নমসা কৎপিগনি। লিক থাংদিল ফিসেৎ লৈতেংবিগনি। অৱাং লৱাই পুংলেন্দা তাংবল অমা থাগনি। হৈরুক ১ ক্বা ১ লৈ মৈরা ১ থানগনি। মখাদা ইরিবা মিংখৈরোল অসি সোন্দুনা ইরাৎ থৌনিগনি।

## সুমাং হৈকৎ লৈকৎ থৌনিরোল

*থৌনিরোল মিংখৈঃ*

মপান লৈকা য়াথোক সংদা অমন সিংগুম য়াতাবা অসি
লৈনুং থরো লৈহনবী চান লৈনুং থরো লাই হাৎলে
খুনবী নুংথোং চীংগী লিলি নাওসং চাদি খমুং তাংগ্রৌ
সনসেনবনা মখুৎসুনা চৈবী তেমথেংলে হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা অৱাং লুরাই (লৱাই লুখমদা) থারিবা তাংবল অদুদা লৈনচিংবা কৎকনি।

২ কংলৈ লমহনগী লাইদি ঙানু পুংখোংবা
মোনোং থাংসাবনা মনুংথংর চৈফু লৈয়ে
নাকচেকপন চকপ ফুরৌয়ে চিংরন চরা লাইদি
চিংজেন নারন পাংগনবা পাইম মনিংসন
ফুরুম নোম ফুরুম তাংবদি থাংলেন মখুৎসুনা
থৱাই মঙামকপু অদু নোংগীবু
খমুং সৱা তান্নবগী লোইদাম (থা)
( ঁ)নি পানবা কোরৌ (নুমিৎ) গী য়াইফ
পুংফম অসিদা য়েক সলাই (মী) দা পোকচরম্বা
নদাইরেম মমিং ( ) গী অমন অসিং সিদবদা কৎচরি।

*মিংলেনঃ-* উং য়িং হং সংতরে
সিয়োম স সিদবা কুবীয়ু
হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা তাংবন্দা লৈনচিংবা কৎকনি। হকচাং লৈমন লুরেন মথক্তসু লৈরাং লৈকৎ তমগনি।

৩/ উং ইফুৎ থোক লৈয়ার মিরিং হিং লৈয়োম্বা
তরং লাইজ অরুবদা কৎচরি হুং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা তাংবন্দা লৈনচিংবা কত্তুনা থৌনিগনি। অদুগা হকচাং লৈফম, লুরেল মথক্তসু লৈরাং লৈকৎকনি।

৪/ মালেম ইমা লৈমলেন সিদবী
লৈয়োম নোংলোন ৭ মাদা নোংসবী
লৈপাক্কী সেক্লিংদা য়ামফক ওইনবু লৈবী
মিংলেনবু লৈহিংনু লৈনপফা কৌরি
তাইজিকে কুবিয়ু। উং লৈচিন সং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা-নাকোংদা ইসিং খব, লৈপাক্তা খিল্লগা সেংদোকউ মফম অদুদা লাকোই ১ থাবগা মৈনচিংবা কত্তুনা থৌনিগনি। মালেম লৈমা ইমাদা কৎকনি। অদুগা ইমুং মনুং হুপ্না চংদুনা তাংবল অমদি লুরেল থক্তা লৈ কৎকনি। সুমাংদা লৈরিঙৈদনি। পুন্সিগী অবোইবা পাওমেন্দুনা লৈনচিংবা কৎপীগনি। পুং য়ৈবা ইসৈ সকপনচিংবা অহলনচিংবা খুকম লৈপাইগনি।

সুমাংগী হৈকৎ লৈকৎ লোইরবা মতুং পুথোক্লমদাই মতমদা মখাগী খোংসান ব্রাহৈ অদু হায়দুনা কু অদু থাংগৎলক্কনি। কোক্লা মাং থাগনি। খোংনা তুং ইনগনি। হায়বদি পলেমগী পিবুক্লুংদগী ঐখোযনা তাইবং ফাওবকপা মতমদা কোকনা মাং থাদুনা লাকপনি। সিবা হায়বসি মপোক তানখ্রবনি।

*খোংসান ব্রাহৈং-* ঙসি কোবৌ নুমিত্তা (মী) না
খমনুং সব্রা তান অমং থবৈ কুম্লবগী
সিংগুম খোংসাল্লসে। য়াইফরে।

মথক্কী ব্রাহৈ অসি হাযদুনা পুথোক্লক্কনি। কোম্থোং য়ৌরগা কু পুবিবা মাং থংবা অনি অদুনা অমুক হাযগনি।

*ব্রাহৈদি-* *কুমাই হাং হাংলবনি।*

মথক্কী ব্রাহৈ অসি হায়বগা- থোঙ্গাল লাল্লগা তুং থংবা অনিনা অমুক হাযগনি।

*ব্রাহৈদিং-* *কুমাই থিং থিংলবনি*

অদুগা লাক্কনি। লংলা খোংদিংবদি ( লং মতৎ থাদবা অদুবুনি)

ফম্বী ব্রাইথুংসি ব্রাকয়ৈ তেবান সক্লা অমন সিংথা ফম্বু যৌববদা চুকসেন ৬ য়ুংলিবা লৈবোন নোংলোন তবেৎ (৭) না সিংখন (৭) ওইনা খন্দুনা খম্বী মৈফম সেমদুনা মাইকৈ চিথেক ৪ দা কোংযাং চুক মবি (৪) য়ুংলগা পবিং কাবন লাক্তুনা মযাই কোইবেন

থক্তা থকখন লৈনা অমা খল্লগা লোইরেন য়াইদা থমদুনা মৈ কৌবা লাইয়িংথৌ সনা ফম্বাল সেল্লিবদু অমন সিংগুল্লকপা সমু হকচাং অদুনা কৌব্রুবদগী য়েৎওইননা কোইগনি। অমুক নত্রগা ৩ লক কোইবা য়াই। অব্রাংদগী খোংনা চংলগনি। কৌব্রু অব্রাং ওনগনি। অসুম্না য়াহিপ তমগনি। তরং লাইজ মিকৌ তম্লগা খিকফেন চাইনা চাইনা সিংফম সেংলগা খাম্বী মৈত্রেং অরাববু মিকৌ তম্না খোইয়ুম লাইমিং সোল্লগা মৈদা কৎকনি।

*অতিয়াগী মিংখৈং*

উং মৈমুৎ সং উং তরং ঙাং, উং ঙান তুহিং
উং ঙানতু ঙাং, উং সংতরেং, উং কেম্লুবী
উং মৈ হিংসং, উং মৈত্রেং, উং সুংবী
মিংলেন ৯ সোন্দুনা খাম্বী মৈহৌ তম্লে।
ঙসি (থা) মাকমৈ ( ) নি পানবা
কোরৌ (নিংথৌকাবা)গী য়াইফ পুংফম (০) দা
য়েক সলাই ( ) নদাইরেম (০) গী সমু হকচাং
লৈমন অসি খাম্বী মৈত্রেং অরাবা নংনা লৌসিনবীয়ু
তাইজিক্কে কুবীয়ু হাউং হায়েং।।

মৈগী মমাংদা হৈরুক লাকোই ১ ক্কা লাকোই ১ থম্লগা মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা মৈদা লৈনচিংবা কৎকনি।

*২/ ইশিংগী মিংখৈং-*

ক্রৌ ক্রৌ ক্রৌ ভেং ভেং
হে ইবেম্মা নুরালেম্বী নুরালেম্বী
লাংওন্না নোংলোন জগোই সারে
নোংথাং লৈমা কৌই।
অপাম লাংলে পম্বোইবী
লাইজ ইপাল লাংলে ইরাই লৈমা
নোংদোল থক্তা লৈরে নোংদা লাইরেম্বী।
তমফা লাইওইবী।
ফম্বালদা লৈরে লাইস্না
হায়না থাগোন্নরিবা

ইরু ইসেংনা সেংদোকপীয়ু।

মথক্কী অসি সোল্লগা মৈফমগী মমাংদা লা মচেৎ অমদা ইসিং খরা হাপ্লগা লৈনচিংবা কৎকনি।

৩/ *নুংসিৎকী মিংখৈঃ-*

হে লাইনিংথেং ৱারোই নিংথৌ
মালং নুংসিৎ খাও ওন্নরিবা,
নসক নওং নাইদবা পিক্কে ননিং চাওগে ননিং
য়ৌনিংবতা য়ৌবা ঙম্বা লাইনিংথৌ
চৎতবসিংগী লৈথিনগাইনি,
নচিন তুমদে তুম্বা মালং নুংসিৎও
তুবী চিনা হেন লাইরেন লুনা ৱাংবা লাইনিংথৌ
হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা মৈফমগী মমাংদা লৈ মনা অমা কৎকনি।

৪/ *মালেম লৈরোল মিংখৈঃ-*

উং মালেম লৈস্না লৈহনবী লৈরোন ৭ তা নোংসাবী
মালেম চনিং লৈখাদা নতোম থোক্লা লমহৌরকপী
লৈরোল নোংলোন ২ মক্তা সিন থুংনা লৈরিবী
তাইবঙগী তুংনফং ওইরীবি পলেম নতিক নয়াইনবু
তাইবঙ থৱাই হিংহল্লিবী মপুগী মকাইফমদা সনা তাংবল
ওইরিবী ইরাৎ ফম্বাল লাংদা লেংসিন্দুনা ফমদেংবীয়ু
হঁ ইমা লৈমলেন সিদবী কুরুম লৈপাইজরি কুবিয়ু হাঙ্ হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা মৈফমগী মমাংদা ইসিং খরা লৈপাক্তা হৈথরগা মফম অদুদা মৈ হৌগনি।

*খাম্বী মৈরম ১২ গী মিংখৈঃ-*

সজিফু মৈনে কালেন মৈনে ইঙা মৈনে ইঙেন
থৱান মৈনে লাংবল মৈনে মেরা মৈনে হিয়াংগৈ মৈনে
পোইনু মৈনে ৱাকচীং মৈনে ফাইরেল মৈনে লমতা মৈনে
মৈরম ১২ সু পুনবিবা সরুক ওইবীয়ু।

মিংখৈ অসি সোল্লগা মৈদা লৈনচিংবা কৎকনি। মপোক লাংওল য়াইফবা পিনবীয়ু। মৈদা থৌনিগনি (খুরুমগনি)।

*মৈরম ১২ গী মিংখৈ অমসু ঃ-*

পোইরৈতোন খুনথোকমৈ পোনিওনা খুনফাওমৈ
থাংজিং উপি উরেন মৈ সদু তেকচাক মৈ।
হেন্বা পামচাক মৈ তরা চাকথোং মৈ।
সংলৌ য়েনফুৎ মৈ
চর্কপা ফুইজা মৈ
অমন সিংগুম মৈ
চরু তাংসম মৈ লমজাও খাম্বী মৈ।
তাইবং লৈমন অসি কাম্বী মৈরম ১২ দা কৎচরি
হাউ ঃ হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা মৈদা লৈনচিংবা কৎকনি। মপোক লাংওল অফবা পীনবীয়ু হায়না মৈদা খুরুমগনি। তাইবং খুনফাও মৈ খাম্বী মৈরম ১২ হাইবদি অসিনি।

*মৈ কোইবা* ঃ মাং থাবা অদুনা মৈকোই চফু ঈসিং থন্না হাপ্পা অমা ওইগী লেংবান্দা খিনগনি য়েৎকী খুৎনা মৈহুম অমা থাং অমা পাইদুনা কৌব্রু চুক্তগী হৌনা কোইগনি। য়েক সাগৈ পুম্বা মৈহুম অমমম শুৎতা পাইদুনা য়েৎওইননা কোইগনি। অমা নত্রগা অহুমলক। কোইবা লোইবগা কৌব্রু চুকখোংদা মাং থংবগী। মৈকোই চফু ওক্কনি। অদুগা পুং য়ৈবা ঈসৈ সকপা অহল লমন খুরুমগনি। অদুগা মৈ কোইবা অদুবু মৈ হান্না চুহনগনি। হুমাই থৌগল পাইরমগনি।

মৈ থাবা লোইরক্লবদি মথক্তা খল্লিবা থক্কন অদু মৈ থাবা মতমদা হারু অমা লৈগনি । থৱাই মমিরেন্না থকখন্দা তোংববু হারুদা সিন্নদুনা কাইদোংহল্লগা লৈসন্দুনা থম্বনি। হয়েং থৱাই লৈহুন নুমিত্তা মিংখৈনা পুখৎলগা কংলৈ খুরাই অখুবা মালেম লৈথোংজিন্দা থমগনি।

*মৈ মুৎপগী মিংখৈ ঃ-*

লৈতাইবী নংনা তাইসিনবীয়ু
লৈনেৎপী নংনা নেৎসিনবীয়ু
মৈমুৎপী নংনা মুৎথৎপীয়ু
সুম্মুৎ সুম্মুৎ সুম্মুৎ।।

মথক্কী মৈ মুৎপগী মিংখৈ অসি সোম্দুনা মৈ অদু ঈসিং হৈজিন্দুনা মুথৎলমগনি। মালেম লৈতেমগনি। হঙ্গাম মরু হুনগনি। হৈরুক ১ ক্বা লকোই ১ কৎকনি। থাংলেন খুৎনা পাইদুনা মংথোং থিংগনি। মালেমদা হুল্লিবা হঙ্গাম মরু অসিনা হৌরবদি মালেমগী তমপাক অদু সংঙে।।

*মংথোং থিংবগী ৱাহৈ ঃ-*

ঙসি (কালেন) থাজগী মাকমৈ ( ২ ) পানবা
কোরৌ ( নিংথৌকাবা) গী য়াইফ পুংফম ( ) তা
( মীং ) গী থৱাইনা নোংমনখিবগী সমু মহক
চাংবু মৈ, ঈসিং লৈপাক অতিয়া
থৱাই য়াইবী মঙাগী পোৎলোই মতোন লোমলে।।
লৈমাবা খুম্বাবা লমসেম্বা তুসেম্বা খোইয়ুম অমগী কোলোইদি
ইতুংনবা পসিতোম্বা, তাংখুন তোম্বা, য়েনবি কাপপ।
নমোইতোম, থিনবী লাইরেন অমা অথৌ ঙাঙোম,
হনু কোকচাও, হনু লৈখম কোনবা মরুম খৈনে কোল্লো।।

মথক্কী মিংখৈ অসি হাইরগা হান্না সিখিবা লৈকাই নত্রগা খুন অদুগী মী অদুনা কোন্না সিরিবা মী অদুদা সিন্নগনি। অদুবু লৈতাইনবা নোংদাইনবা লৈতাই নোংদাইনবা কৌই।

*ৱাহৈদি ঃ-* সে সে ( তোম-মাইমু ) নহাক, নহান মখৈ পুরকপা, ঙসি মখৈদগী নংগী (নতাও-নতা) অসিদা সিন্নরো। অসিবগা অচংবগা ঙসিমখৈদগী নুমিৎ চৈচিং ৭ না লৈই পল্লোন ৭ খল্লবনি। কোমাই হাং কোমাই থিং থিং থিংলবনে।।অসি হাইদুনা চৈখৈ ৭ চিংগনি। সিবা নুমিত্তগী হৌনা হনগৎনা থিরগা চিংগনি। অসিবু মংথোং থিংবা কৌই। নুমিৎ চৈসিং হনগৎনা থিবা থাংজা ইরাই সগোলসেন য়ুমসকৈসা লৈপাকপোকপা নিংথৌকাবা নোংমাইজিং অসিনি।।

*কোরৌ পাওজেন ৱাহৈ ঃ-*

নদাইরেম ( মীং-মীং) না ঙসি চিংঙু মকাইফমদা তান ফংশ্রে। মীয়াম্মা য়াইফবে হায়গনি।।

ৱাহৈ অসি হাইদুনা অসুম্মা অসিবগী সিংগুম্বগী থৌরম অসি লোইসিনগনি।। খৈরে।

# "লৈহুন থৌনিরোল"

সোন্নপুংগী অৱাংদা তাংবন অমা থাগনি। অদুগী মমাংদা হৈরুক লকোই ৬ ক্কা লকোই ৬ কৎকনি। মেংক্রুক থাংমৈ ৭ কী সেনজা মাইঙৌবী কৎকনি। মিংখৈরোল সক্কনি। পুয়া তাগনি, ফম্বালদা লৈহুন তমগনি। মৈরা কৎকনি। লৈ কৎকনি। অদুবু মঙানি লৈহুন কৌই।

*থৱাই য়াইবী মিকৌবা থৌরম-*

লৈহুন চৎকে হায়রগনা মফম অদুদা পুং ঈসৈ সকপদা লৈ লাংলগা সক্কনি। সিংগুম্ফম মনাক্তা ঈসিংনা সেংদোক্লগা মফমদু লাকোই ৫ থারগা মংফমদগী লৈপাক লৈরিক মতুম খুৎপীমুক চাওবা ৫ লাকোইদা থমগনি। হৈরুক লকোই ১ ক্কা লকোই ১ থাংমৈ মেক্রুক লৈ হৈসোই য়াওবা থৌৱাই মঙাদা কৎকনি। খুদৈ অঙৌবা অমদা থৱাই মঙাগী মসক ওইবা লৈপাক লৈরিক মতুম মঙা অদুগা লৈ পরেং অঙৌবা অমগা পৈসা অমগা লৈয়োম ওইনা য়োন্নগা ঙকসমদা পুল্লগা পুং ঈসৈগী তুং ইশ দুনা কাবক্কনি॥

## লৈহুন থৱাই মী কৌবা থৌনিরোল।

*মিংখৈ ঃ*-হো ( মীং) নংগী নথ্বাই য়াইবী মঙামক

মীগা থানা তরুকমক তোই তোই, লানমৈ থানবী
তোই তোই তোই, হুইবু হোই হোই কৌদে।
থৱাইবু হোই হোই কৌইদা হুইবু দুরু দুরু
কৌদে। থৱাইবু দুরু দুরু কৌইদা।
হুইবু, ষনবু লা - লা কৌদে, থৱাইবু লা-লা,
কৌইদা, য়েনবু কুক কুক কৌদেদা।
থৱাইবু কুক কুক কৌইদা, সনবু রি রি হাইদে।
থৱাইবু রি রি কৌইদা, হৌদোংবু মম মম কৌদে।
থৱাইবু মম মম কৌইদা। হো থৱাই লাক্লো।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা লাকোই ৫ গী মথক্তা চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

২/ লৱাই কোইরেল সেম নাপা নাখোং সেম
মিৎকোই চাইচি সেম, লাইপক খেল্লাই সেম
নাখোং নাতোন নাকচি খজাই চাইরুং সেম
চিনবান য়ারেক খোংজি, খৌরি লুখম সেম

লুমাং শম্বু তানফম, খুনিং পান্বোম সেম
খুৎচেঙ খুৎনম খুবাক খুপি কারোং সেম
খুচিন লৈকা সেন্নিবা লাইনিংথৌ তাইজগে
হাউং হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা চেং লৈনচিংবা, লাকোই ৫ থব্রাই য়াইবী ৫দা লৈ সু কৎকনি।

৩/ থিকব্রাং থব্রাং পুকসিন হুইথাপ
থোইজি চিনপোই নুংকোৎ চাকোৎ
লেংয়া য়াংলেন লৈকা সেম
খ্বাং খ্বাংচেৎ কোংলৌ সুমচিন
ফৈবাক খুকলু কাংগোই সেম
খরাই কমলাক খুবোম থাংদোং
খোংচেং খুমিৎ খোংনম খুনিং
অসেম অসা লাইনিংথৌবু তাইজগে
হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা লাকোই ৫ দা চেং লৈ নচিংবা কৎকনি।

৪/ উং হুং লমলেন মদাইমদা কোললে
কংলৈয়োন পুংময়োন্দা কোললে।
থব্রাই হামবোইবা মিরেন হামচৎপবু কোনবা
থব্রাই ৫ মিগা থানা ৬ মক পু কোনগে
মি মি মি রে রে রে কুক কুক কুক ,
তোই তোই তোই কারসে মপুগী মকাইদা তিল্লসে।।
হে য়াইবিরেন শিদবা হয়াহে হয়ি সিদবা।

মথক্কী মিংখৈ অসি হায়রগা *লৈয়োম লৈপুন* ওইনা য়োমগনি। থৌগনজবা মী অমগী মঙক্তা পুন্দুনা পুখৎলকউ। সুমাং ময়াইদা লা অমা থম্লগা থমগনি।

৫/ হে য়াইবীরেন সিদবা মপুগী মকাইফম
পাফল লিলাগী মকাইফম
লমলেন কুরুমচিং, সোন্নপুং অসিদা
মিংখৈ তাদনা থৌদোক লোম্না ঙাইখিয়ো।।

মিংখৈ অসি সোল্লগা লৈকৎকনি। মৈরা কৎকলি। লৈহুন তমগনি। অসুম্না থব্রাই মিরেন কোনখৎলকপদগী থৌরম লোইশিনগনি। খৈরে।

অসুম্না থৌনিরোল লোইরবা মতমদা, লৈয়োম থোকক্লগা লৈপাক মতুম মঙা অদুগা লৈ পরেং অদুগা কুরুম চিং সোন্নপুংদা সিন্নদুনা মথক্কী নাওশুম মিংখৈনা নাওথেমদুনা থমগনি। মপু মাগী মসাদা তিনখিনি। য়েলহৌঙে মৈতৈ ইপা ইপুসিংনা, মী সিরগা মথৌ মঙম পাংথোকপা হায়বদি - লালনা থৌরম থৌনিরোলবুনি। অদুদি সিরিবা নুমিত্তা ৫ নি শুবা নুমিত্তা লৈহুন, থব্রাই মরু ইহুন তমগনি। অদুগা ১০ নি শুবা নুমিত্তা য়ুম সেংলগা নুমিদাং লাইনিংথৌদা থৌনিদুনা হাইজগনি। ব্রাহ্মেদি হৈ লৈ সুনা কৎকনি মৈরা মুৎতনবা কৎকনি। খোইয়ুম লাই খুদিংমক - নমু পোং তাইবংচা খুদিংমক হয়েংগী লান্না থৌরমদা লাকপীয়ু অসি হাইগনি। সোন্না পুংগী ময়াইগী ফম্বাল লাংদা ঙানথোইবীয়ু। অসোই অঙাম ঙাকপীয়ু হায়না খুরুমজদুনা থৌনিজগনি। অদুবু লাইপাউ তাকপা কৌই। অদুগা ১১ নি শুবা নুমিত্তা লান্না থৌরম সোনবা মপুগী মিংখৈগা লোইনবা অসি পাংথোক্কনি।

*থৌনিরোল মওংদি ঃ-*

অহানবদা সোন্নপুং ময়াইদা ইরাৎফু অমা হান্না লাৎথোক্কনি। অদুগী মতুংদা তাংবল-ফম্বাললোমদা অমুক হোংদুনা খুৎ-সা সেংদোক্কনি। ফম্বালগী মাংদা লকোই লা ( ৫ ) থম্লগা মিংখৈ সোল্লগা হৈ লৈ কৎকনি। অদু অমুক সেংদোক্লুনা লকোই ৭/৯ থম্লগা মিংখৈ মিংলেন সোল্লগা হৈ লৈনচিংবা কৎকনি। অতাইরোন মিংখৈ সোন্দুনা তাইগনি। লৈ কৎকনি চাকলেনসু কৎকনি।। ■

# লাননা থৌরম থৌনিরোল

*লাংপুম মিংখৈলেন ঃ-*

হে তেংবানবা মপু লাইয়িংথৌও-
য়েক সলাই ( মঙাং ) গী কোলোই ( পা-পি ) গী
মথৌ য়াংগেনবগীদমক নদাইরেম ( মঙাং ) দা
পোকচবা ( মিংনা ) লোইদাম ( থাবন ) গী
নিংমাং ( ১২ ) নি পানবা ( ঈরাই ) নুমিৎ অসিদা

মথৌ য়াংগেনজবা অসিবু থৌজান
লন কুবীয়ু হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা লৈ মনা অমা পায়দুনা ফম্বালদা কৎতুনা খুৎফাং তবা লোন্নদুনা থৌনিজগনি॥

২/ চিংগু অতিয়ানা পোং খুগী লব্রাই লেমফুদা
খুজিন্না খাইদুনা চংখিয়ে হাউং হায়েং।

মিংখৈ অসি সোল্লগা লব্রাই লেমফুদা সমু খুৎনা লৈ মনা অমা পায়দুনা কৎকনি।

৩/ অতিয়া মহাক্তি খুৎনিংথৌগী তাং অহুমদা থুংঙে মিংখৈদি খিং খিং বিখিবা কৌই হাউং হায়েং॥

খুৎনিংথৌগী তাং অহুমদা খুৎপীনা নমগনি অদুগা মাংদা লৈপাক্তা উপকনি। অদুগা লৈ মনা অমা পায়দুনা ফম্বালদা কৎকনি। ইবিক কংগল লৌদুনা খুৎ-সা সেংদোক্কনি।

৪/ লব্রাই কোইরেল সেম, নাপ নাখোং সেম
মিৎকোই চাইচি সেম, লাইপক খেলাই সেম
পিসুম পাগোই সেম, নাখোং নাকচি সেম
নাতোন নাকচি সেম, খজাই চাইরুং সেম
চিনবান নাকচি সেম, যাবেল খোংজি সেম
থৌবি লুখুম সেম, লুমাং সম্বুম সেম
তানফম তানথোং সেম, খুনিং পাম্বোম সেম
খুৎচেং খুৎনম সেম, লাইনিংথৌবু তাইজকে
কুবীযু হাউং হাযেং॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালদা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিগনি। খুৎফাং তবা লোন্নদুনা থৌনিজগনি।

৫/ থিকব্রাং থব্রাং সেম, পুকসিন হুইথাপ সেম
খোইজি খোইখা সেম, চিনগোই চিনবান সেম
নুংকোন কোংলৌ সেম, চাগোৎ লেংযান সেম
যাংলেন লৈকা সেম, খ্বাং খ্বাংজেং সেম
কোংলৌ শুমচিন সেম, ফৈবাক ফৈবোম সেম

খুকলু কাংগোই সেম, খুরাই কপলাক সেম
খুবোম থাংতোং সেম, খোংজেং খুমিৎ সেম
খোংনম খোংখা সেম, খুনিং মোইতোন সেম
খুয়া লৈখা সেম, খুজিন মোইফাং সেম
অসেমবগা অসাবগা লাইনিংথৌ নংবু তাইজিকে
কুবিয়ু হাউং হায়েং॥

মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বাল থক্তা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিগনি।

*থবাই মিরেল মঙাগী মিংখৈ ঃ*

পোংকখাংলেন কৌবরেননে, অপানবা মী কৌবনে
থাংজিং য়াইখুরেল মর্জিং মী মী ৱাংলেনে
ৱাংপুরেল ৱাংকোইরেল থবাইরেল মঙামকপু
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালগী মমাংদা থবাই মঙাগী লকোই ৫ থন্নগা চেং লৈ কৎতুনা খুৎফাং তরা লোন্দুনা থৌনিগনি॥

২/ খোইয়ুম মঙামক লাইয়িংথৌগা কায়াৎকে হায়দুনা খুজিন খাদগী অং-উং সন্তরেং হায়না থোবক্লে তাইজিকে কুবীয়ু হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা থবাইরেল মঙাগী লা লাকোই ৫ দা চেং লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিগনি॥

৩/ কায়াৎলে লাইনিংথৌনা থবাইরেন সারে।
ইবুংঙোগী মিংখৈনা হংলৈ সংলৈনা কৌই॥
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং

মথক্কি মেংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালদা লৈনচিংবা কৎতুনা খুৎফাং তরা লোন্নদুনা থৌনিগনি থবাইলেন মঙাগী লাকোই লাদা কৎকনি।

৪/ খোইয়ুম লাই ৫ মকপু থবাই ওইনা
কা অমমম ফম্লে। থবাইগী মমিংদি-॥
নোনা, নেনা উতা পীয়া য়াপী কৌই।

মিংখৈরোল অসি সোল্লগা ফম্বাল মমাংদা থারিবা লাকোই ৫ দা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি। থবাইলেন ৫ গী লাকোই লাদা কৎকনি।

৫/ অতিয়া সিদবনা থম্বাল লোংনা সাৎপা
মনুংদা হনবিনখিবা মনাদি ৮ নে মিংলেন্দি
হুঙা তরং ঙাং কৌই, তাইজিকে কুবিয়ু
হাউং হায়েং॥

ফম্বাল মথক্তা লৈনচিংবা কত্তুনা পুক্লিং চেৎনা থৌনিজগনি।

৬/ থম্বাল অনি সাৎলে অমদি খোইদৌনে
থম্বাল মনা মরি পান্দুনা সাৎলে মমিংদি
লৈয়ানু লৈয়োননু কৌই তাইজিকে কুবিয়ু
হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালদা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি লাকোই লা ৫দাকৎকনি ।

৭/ অমদি কোক্তনে মনাদি ১০৮ পাল্লি
মমিংদি খোক খোক হ - স কৌই।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

মিংখৈরোন অসি সোল্লগা ফম্বাল তাংবল মথক্তা নৈনচিংবা কত্তুনা থৌনিজগনি। লাকোই ৫ দা কৎকনি। মিংখৈরোন অসি সোল্লগা ফম্বাল তাংবল মথক্তা নৌচিংবা কত্তুনা থৌনিজগনি। লাকোই ৫ দা কৎকনি

৮/ থম্বাল মনা অনি পান্দুনা শাৎলে
মিৎ অনিমক্তনে মমিংদি মিৎ তরেং
তরেংবা কৌই তাইজিকে কুবীয়ু।
হাউং য়ায়েং॥

মিংখৈরোন অসি সোল্লগা ফম্বাল মথক্তা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি। লকোই ৫ দা কৎকনি।

৯/ অকোইবসি কিসি কিরুমনে
মমিংদি পিংঙা হে হে কৌই।
তাইজিকে কুবীয়ু হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা লাকোই ৫ দা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি।

১০/ মীগী মপুক মনুংদা লৈঙম্বদি

চিংঙাসিং হে হে হে কৌই।
তাইজিকে কুবীয়ু হাউং হায়েং।।

**মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা লাকোই লা ৫ দা লৈনচিংবা কৎতুনা নোল্লুক্কনি।**

১১/ মালেম তাইবং পানবা মপু সিদবনা
তাইবং পুম্নমক্কী মসক ওইদুনা ফিথুপ ৩ দা লৈয়ে।
অংগোগী মনুংদসু লৈবনে লৈমরেন সিদবীনে।।
র গী মনুংদা লৈবা থব্রাই সিদবনে,
ফম্বীদি অ গী মনুংদা কুম্দুনা লৈয়ে।
থম্বাল মনাদি অমুবা অঙৌবা অসংবা
অহুম্মক্লা য়োম্না লৈয়ে অঙাংবদি নুংশা মৈনে
অঙৌবদি ঈশিং অইংবনি মুনা সংবনি।
নুংসিৎনে হ্ র স অহুম্মক্লে তাইজিকে কুবীয়ু
হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালদগী মমাংদা লাকোই লা ৫ দা থারিবা অদুদা লৈনচিংবা কৎকনি।। অদুগা মমাংগী লকোই ৫ দু লৌথোক সেংদোকপীরো, ঈসিং খিকতোকও।। মফম অদুদা অমুক লকোই লুকোই ৭/৯ থাগনি অদুগা মখাগী মিংখৈরোলসিংসি সোল্লগা চেং লৈ কৎকনি।

*নুমিৎ য়াইরংচা ৭ কী মিংলেন ঃ-*

নুমিৎ তাওহুইরেং অহনবা লাইরেন তাওদনবা,
য়োই ময়াই য়োইখোমথোক, খোমথোক নানৌবা
য়োইপরেং পরেং লৈসংবা পাফল লিন্না নিংথৌগী।
চেংলৌ মিৎকোই খোংসারেন য়েৎলমগী।
মিৎ নহা য়াইরং চানা য়োইবু লৈমরেন সিনহৈবীগী
পাইমা উনগোইনুংদা পাইসিল্লগা হৈরাং মচা য়ান
তাওজিং মরু পান্দুনা নাওনৌরক পও নুমিৎ য়াইরংচা ২ পু
মিংকৌ তম্না লৈরাং লৈকৎচরি তাইজিকে কুবিয়ু।।

হাউং হায়েং।।

ফম্বালগী মমাংদা লকোই ৭/৯ পরেং অনি থোক্না থারগা মথককী মিংখৈ অসি সোল্লগা চেং লৈনচিংবা লাইজ ইরিক কংকনি।

*লকোই থম্বগী মওং ঃ-*

ফম্বাল

| | | | |
|---|---|---|---|
| | O | O | |
| | O | O | |
| | O | O | |
| লাই পাখং ৯ | O | O | লাইরেম্বী ৭ |
| | O | O | |
| | O | O | |
| | O | O | |
| | O | | |
| | O। | | |

*থাজ ১২ গী মিংখৈ ঃ*

হা লোইদাম থাজ অহনবা থাদরেং থানুংসি,
থয়াইরেং থানৌতোন কূপসনা কুপতরেং
থানৌরেং তনুংয়াই য়োইপরেং পরেং লৈখম,
য়াইখুতোন লোইদাম থাজ ১২ মাসি
পাফল লিন্না নিংথৌগী চেংলৌ মিৎকোই ওইরম্বগী
মিৎ নহা য়াইরংচা য়োইবু লৈমরেন লল্লেমগী
পাইমা উনগোইনুংদা চোংসিনখিদুনা
নাক্লু ফিয়ানদুনা  তাওজিং মরু পাল্লুরে
হৈরাং মাচা য়ান্না নানৌরকপও লোইদাম থাজ ১২ বু
তাইজগে কুবীয়ু হাউং হায়েং।।

ফম্বালগী মমাংদা লকোই লা লাইনুরা ৭ লাই পাখং ৯ গী থারিবা পরেং ২ অদুদা চেং লৈ লাইজগা লোইননা কংকনি।

*লোইদাম থাজগী মিংলেন ঃ-*

হে লোইদাম থাজরেং লাইজ তরং থক্তা
পরিং লাংসং হুল্লকপা নোংদারেন তনৌবা
মনিক য়াইরং চা তরা লুকোই কৎচরি কুবীয়ু
হাউং হায়েং॥

ফম্বালগী মাংদা লকোই লা পরেং ২ দা চেং লৈ ঈসিংনচিংবা কৎকনি।

২/ লোইদাম থানুংসি তাংজ সমপোকনুংগী
থমল খোইহৌরি লৈমাই থক্তা লাইজ ইচু
লেমলৈ অহনবও তরা লুকোই কৎচরি কুবীয়ু।
হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালগী মমাংদা লাকোই লা ৭/৯ পরেং অনিদা চেং লৈ লাইজ ইবিক কাংগন কন্দুনা কৎকনি।

৩/ লোইদাম থয়াইরেন ফৈচৈ কারন্নবা
পাফল অরিবও থেংগু লাইয়িবি
তরা হৈকোই কৎচরি কুবীয়ু হাউং হায়েং॥

মথক্কী লাইমীং অসি সোল্লগা ফম্বালগী মমাংদা থারিবা লকোই ৭/৯ দা চেং লৈ ইসিংননচিংবা কৎকনি

৪/ লোইদাম থানৌতোন তুবী ঙাংহন চাওথোইবা
থম্বাল খোইহেং লৈয়াইথক্তা ঙাংচুনবা
ঙাংহোইনবা সরিকপা তরা হৈকোই কৎচরি
কুবিয়ু হাউং হায়েং

ফম্বালগী মমাংদা লকোই লা ৭/৯ দা চেং লৈসু, লাইজ ঈরিকসু কৎকনি।

৫/ লোইদাম কুপসনা খরাই লাইচম
নুংদাই কারন লাকপা চমেন মচু মানবা
লাইরেন চাওথোইবও তরা লুক্কোই কৎচরি
কুবিয়ু হাউং হায়েং

ফম্বালগী মমাংদা লাকোই লা ৭/৯ দা চেং লৈ কৎকনি।

৬/ লোইদাম কুপতরেং তুবি খোইচি নুং
থম্বাল লৈয়াইথক্তা ময়া মরি পানবা লাংগোই সামু অঙৌবও
কৎচরি কুবীয়ু হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈরেনসিং অসি সোল্লগা ফম্বালগী মমাংদা লাকোই লা ৭/৯ দা চেং লৈসু কৎকনি।

৭/ লোইদাম থানৌরেং সু ন লাংলৌখনবা
লাইরেল খোইহৌ লৈয়াই থক্তা লুপা মচু মানবা
নমু পোংসক লাইর অতোন তানবও কৎচরি
কুবীয়ু হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈরেনসিং অসি সোল্লগা ফম্বালগী মমাংদা লাকোই লা ৭/৯ দা চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

৮/ লোইদাম ইনুংয়াই মথেক ফৈবু ফুংসিনবা
পাফল লৈপুবও য়োইহৌরৈ থম্বাল লৈমাইথক্তা
চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌনা ঙানথোইরিবও
কৎচরি কুবীয়ু হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালগী মমাংদা লকোই লা ৭/৯ দা লৈনচিংবা কৎকনি।

৯/ লোইদাম য়োইতরেং মালেম চনিং লৈখৈদগী লমহৌরকপা
সনা য়োইকোন নুংগী পাফল লিলা তরা লুক্কোই কৎচরি
কুবীয়ু হাউং হায়েং।

ফম্বালগী মমাংদা লাকোই ৭/৯ দা চেং লৈ কৎকনি।

১০/ লোইদাম তরং লৈখাম পাফল লিলা নিংথৌগী
খোইহৌরে থম্বাল লৈকা লিসিং পানবগী লৈরাই মথক্তা
কংলা ফিদুপ অহুমগী মপু চিংঙুরেল মপুরেল সিদবা
হে পোকলেন পোকপও তরা লুকোই কৎচরি কুবিয়ু
হাউং হায়েং॥

ফম্বালগী মমাংদা লাকোই লা ৭/৯ অদুদা লৈনচিংবা কৎকনি।

## থব্রানমিচাক ২৭ কী মিংলেন

সজিক ২ থবা ৩ থাদোন ৪ থয়াই ৫ সচুং তেলহৈবা ৬ লিকথা সাফবা ৭ চীং

চরোইপী ৮ চুং সেন নুপী ৯ নোংথৌ নুবী ১০ নোংথৌ নাকা ১১ নোংথৌ তুরেল ১২ নোংথৌ সামু ১৩ সামি অপিয়া ১৪ উপোং ঙায়াই ১৫ সললু মাংফোক ১৬ লুৱাং সংকোল ১৭ মোইরাং সংকোল ১৮ পানবা সনকোন ১৯ উই তোংকোন ২০ য়াৱা খুয়োম ২১ হাওরৈম ইয়োংখোং ২২ মনি মমৌ সিনতাক্লবী ২৩ ওকপুরোই ২৪ তাও হুইরেং ২৫ কোরৌ নুবী ২৬ খোংজোম নুবী ২৭ তোংজেং নুবী ।

ফম্বালগী মমাংদা লকোই লা ৯/৭ মদুদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি। খুৎ শা সেংদোক্কনি তাইরেন লোংনা পায়দুনা অতাইরোল মিংখৈ সোন্দুনা তাইনরগা থৌনি মতোন লোমগনি। খৈরে।

*লান্না থৌরমগী পোৎলম ঃ-* ইরাৎফু ২ অথেনপোৎ ১ চরৈ ফৈজোম লিক (খোই থাংলি ) সমজেৎ মিংসেন ফম্বানলেনগী হৈরুক অচৌবা ৬ ক্বা লকোই ৬ হৈ লৈ চেং থোইদিং তিংথৌ মেংক্রুক থাংমৈ, সোন্না পুংগী ইরুম মখোং ৯ গী ক্বা লকোই ৯ হৈরুক ৯ ।।

*ফম্বালগী পোৎলম ঃ-*

লাইফি ফৈজোম ১ কোয়েৎ ১ ইন্নফি ২ লাইফি ১ ।
থকখন অচৌবা ১ চুকুচিৱা ৪ লফু ৪ য়াম খরা ।
চু পাম্বী ৪ অসিনচিংবনি।। খৈরে।

*লুক্লেন কৎপগী থৌনিরোল ঃ-*

*মিংখৈ ঃ-*হে লাইনিংথৌ পোক্লেন পোকপা সালেন সৎপা
হয়ি লাইমরু চীংঙু য়াইবীরেন সিদবা
অ সন্তরং অতিংকোক লাইনিংথৌ ।
মিংখৈরেন্দি হয়ি স-কৌবা অমম্বা সিদবও।
লাইনিংথৌ মিংখৈরোনদি -উং সং য়েং কৌবও
নদাইরেম্না তরা লুকোই কৎচরি।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালদা লৈনচিংবা কত্তুনা পাওতাক্কনি অদুবু লুকলেন কৎপা হায়না খংনৈ।

· লুরুক্লেন কৎপা হায়বসি থোংলি থাক্লিবা চাক য়েনসাং পুম্নমক মপুদা পুল্লপ কৎকনি। মপুগী লুকলেম্বু তাইবঙ ঐখোয়না ফংগনি। অহানবদা সনা নিংথৌগী সরুক খরা লা মচেৎ অমদা
চাক য়েনসাং মসিং সুনা হাপতুনা চিংখৈ পাংবা মাইকৈদা কৎথোক্কনিয়ে। চাক্লুক থারগা লুকলেন কৎপা তারগনা লাইনিংথৌগী লুক অমা লাইরেম্বীগী লুক ১ লুক ২ অসি

ওনসন্নদুনা চাকলুক থারগা কৎকনি । অদুদা অপুনবা ওইনা অমখক্তা কৎকে হায়রবসু য়াই। লারোল ৩ লোন্না লাইগী সেম্মগা কৎচগনি।

লুক ৩ কৎকে হায়রগনা মওং অসুম্না কৎকনিঃ-

অ- সকতরং।

লাইরেম্বী। উং - সং- য়েং

হয়ি - স সিদবা মপু।

লাইনিংথৌ। ■

# চাকলেন কৎপগী থৌনিরেল

*মিংখৈ ঃ-*

হুং সিদবা মপু ইবুংঙো
পোকলেন পোকপা সালেন সাৎপা
লৈনুং কোমসিবা লায়লেল
পোরোমথোক নাহৈবা
নমিংদি কুপতিং ফিং কৌয়ে
চিংউ নসাদগী হুনবদি
খোয়ুম মিংখৈরেন্দি হয়ি সিদবা কৌবও।।
নদাইরেম্না তরা চাকলেন কৎচরি হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা ফম্বালদা লৈনচিংবা কৎতুনা পাওতাক্কনি। অদুবু লুক্লেন কৎপা হায়বদুনি।। ■

# মৈরা কৎপগী থৌনিরোল

ইরিক ইসেং লৌদুনা ঐগী হক হান্না সেংগনি। অদুগা মৈ হৌগনি। ইরিক লাইজ কৎতুনা লৈমলেন সিদবী বু নিংসিংদুনা হৈরাং লৈরাং কৎকনি। ফম্বাললেন তাইবং মপু হয়ি সিদবা লাইলেলদা ইরিক লাইজ লৈরাং ৩ লক লৈ কৎকনি। মথং মথং ফম্বাল লাংদা লৈ কৎকনি। লৈ কৎপা লোয়রগা মৈরা মুথৎকনি। মৈরা মুথৎপা অদু ফম্বালগী খারোমদা মমাই অৱাং ওন্দুনা থমগনি। নাহৈ ফুগী ইসিং, তাইরেল মনা লুপ্তুনা মিংখৈরিবা অমদি মিংখৈ তাবীরিবা পুম্নমক্তা ঈরিক লাইজ ইরিক্লা নাহৈনা খিকথবীগনি।।

*মিংখৈলেনঃ-* সনা য়াইদি লাইনিংথৌ
য়াই মনিক পন্থৌগী মচা অহন
নেং নেং রি রি হুং লৈমলেন সিদবী
অঞ্জি মরু সিদবনা লুনা থিয়ে
লাইনা ফংঙে সনা মাল্লে লাইসনা,
নুংথংরে অচিবা কৌয়ে
খাম্বী মৈত্রেং অরাববু
মৈরা থৌগনজগে থৌজানবীয়ু।।

মথক্কী মিংখৈরেল অসি সোল্লগা, মৈরাগী ফম্বাললেন লৈ কৎকনি য়াইফ থৌজাল থৌনিজগনি নোংদম্বীয়ো।

*মৈরা কৎপগী পোৎলমঃ-* উচান মৈরা - খোইরু থাংমৈগী য়াই। কম্বী ১ হৈরুক ১ ক্বা ১ মেকুক । মৈরা ১, ৩, ৫, ৭, ৯, ১৮, নত্রগা ১০৮ কৎপা য়াই। লৈ খরা সেন্দাই ১ লৈ পরেং ১ ফম্বালগী লাকোই ১ তাইরেন পুংফাই ইসিং ফম্বালগী খুদৈ অঙৌবা ১ অসিনচিংবা চংগনি।।

মিংখৈ মিংলেন সকপা লোয়রমদাইদা - অরাং পুরেন্না পুংয়ৈবা, ঈসৈ সকপা,থৌগল মিংখৈ তাবীরিবা পুম্নমকপু অরোইবগী মৈরা লৈরাং ওকপীগনি। ঈসৈ সকপা, পুং য়ৈবা অসৈবদা লেং নম কুপপিগনি। অমাইবা কুরুম নম কুপপীগনি। মিংখৈ তাবীরিবা। পুম্নমক তরেৎকী সেঙ্গা কৎপা লোয়রগা সোন্নপুংগী ময়াইদা ফম্বাল থক্তা ফমদেংবীরিবা "লাইয়িংথৌ সিদববু " মৈরা থৌগনজগনি। পৈয়া পরৈ হনগনি।।

*ইরাৎফু ফুকপগী ৱাহৈঃ*

চিংঙু খোয়ুম লাইয়িংথৌ, নদাইরেমগী
ইরাৎ থৌনি লোইজরে খৈরে।। চিংঙুনা লাইরমলেন্দা
মীনা মীরমলেন্দা পানবা থৌজান লনকুবীয়ু।।
হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা ইরাৎফু মমাংদা খুবাক ৩ লক খুরগা ইরাৎফুদগী লৈ ১ লফোই ১ লৌখৎলগা চিংখৈ পাংবদা থাদগনি। ইরাৎফু ফুকতোক্কনি। পাফলগী অৱাংদা থমগনি। চুকচিৱা ৪ ফুকতোকপীরগা চিংখৈ পাংনা থাদবীগনি। অসুম্না মেন উরেপ সু ফুকপা মতমদা লোংখ্রৌ চন্না ফুক্লগা চিংখৈ পাংনা থাদগনি। চিংখৈ য়াইফু নিংথৌদা সিন্নগনি।

*অয়োন অরান মিংখৈ ঃ-* হে গোরো মো কৌবা সাবু
ফাদুনা মরুগী ফল্লুদা হাপ্পুনা
কৎলবনি সোইরবা ৱানি। সোইয়াম ৱানি
অসোইবা ৱাবু কনবা ৱানি সোইয়াম ৱানি
নপারি নামোম্না সোইখিবা লানখিবা
খিবিক ঙাকপিয়ু হে ইবুংঙো
হাউং হায়েং ।।

হয়ি সিদবা তেংবানবা মপুনা য়াইফরে হায়গনি।

# কুমওন ফিরোই থৌনিরোল

*য়েক সলাই ফুরুপকী চৎনবী লিক্লমঃ-*

মৈতৈগী চৎনবীদা মী অমা সিখিবা থাবান মসিং নুমিৎ অদুদগী নোংমা নোংমগী হৌখিবনা -" মকুম মথা" ওনখৎলকপা হায়বসি । সিখিবা থা অদুগী থাবান নুমিৎ অদুনা তাবা থাবান নুমিৎ অদুদা কুমসিং কুমওন অমা সুরে। নুমিৎ অদুদা কুমওন ফিরোই থৌনিরোল থৌরম পাংথোকই।অদুবু কুমওন ফিরোই কৌই।

মীওইবগী হকচাংদি সিবা নুমিত্তা পোৎথাবা ওইয়ে।অদুগা থৱাই য়াইবীদি পোৎথাবা লৈতে। সিখিবা মী অদুগী থৱাই য়াইবীনা অনৌবা তাইবং হকচাং অমদা

কাইদোংখিদুনা থা ১২ সুবদা পোকখ্রে। মরম অদুনা নৌনা তাইবং মপোক তাল্লক্লিবা মী অদুগীদমক অফবা তাইবঙ মপোক ওইহনবিয়ু হায়না তেংবান মপুগী মফমদা ইরাৎ থৌনিদুনা তরা চাক্লেন কত্তুনা ফিরোই থৌনিজগনি।

*থৌরম থৌনিরোল পাউতাক* -সোন্নপুং ময়াইদা তাংবল ফম্বালেন অমা সেমগনি অদুগী মমাংদা ইরাৎফু অমা লাৎকনি। অদুগা তাংবন ফম্বাল অমসু শেমগনি। হৈরুক লকোই ৬ ক্কা লকোই ৬ কৎকনি। মেংক্রুক থাওমৈ কৎকনি। তাংবল ফম্বালদা " লাংপুম মিংখৈরোল" সোন্দুনা হৈরাং লৈরাং কৎকনি। পলেম উনগোই নুংগী থাজ ১০ পম্ৌগী থাজ ২ লোইদাম কুমসিং সাগনি। লোইদাম অহানবা, লোইদাম য়াইখুতোন, অনিবু মৈনা ব্রাই তাংনা শম্না শাগৎলগা থৌব্রাইবু মপোক লাংওল অমা তম্বীরে হায়না নিংদুনা তেংবানবা মপুদা য়াইফ থৌজাল পীবীয়ু হায়দুনা হৈরাং পুংগা থোল, লৈরাং পুংগা থোলনা কৎচরগা থৌনিজগনি। মৈরা কৎকনি , লৈসু কৎকনি। তরা চাকলেন কৎকনি। অসিবু ফিরোই ইরাৎ থৌনি লিক্লম কৌই। অরোইবগী থৌনিরোল, মখাদা ইরিবা মিংখৈরোলসিং অসি সোল্লগা লোইসিনগনি খৈরগনি।।

*থৌনিরোল মিংখৈ ঃ-* হে লোইদম থা থানিংথৌ থাজহল,
তাইবংগী অব্রাবা নুংঙাইবা থৌরমবু পুবীরিবা
সাচিফু লাকয়েন তাই কোংবা
লৈথোন ফাৎনা লৈসেম নোংসেম্বীবা ।
ঙসি কোরৌ নুমিৎ ( ইরাই ) অসিদা ইরাৎ
থৌরম থৌদোক লোম্না কোংয়াং ফিরাল
লৈথোং ফাৎনা লৈসেম নোংসেম্বীবা
ঙসি কোরৌনু মিৎ ( ইরাই ) অসিদা
কুমওন ইরাৎ থৌরম লোমলে কোংয়াং ফিরাল কৎ
পামেল উক্লোং হোংলে তাইবং থৌদোক লোম্লে।
থব্রাই য়াইবীরেল মীপোক তানবদা য়েক চ গী পিবুকনুংদা
নোংদম্বীয়ু হে য়াইবীরেন সিদবা মপু ইবুংঙো
ইরাৎ থৌনিজরি থৌজাল লনকুবীরম্লো হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈরেলসিং অসি সোল্লগা তাংবল ফম্বালগী মমাংদা থারিবা লকোই লা ৭/৯ দা লৈনচিংবা কৎকনি

২। হে লোইদাম য়াইখুতোন লৈখোম্বা তাইবঙগী য়েন্নিং
পুন্সি নুংসাংনবা অনৌবা কুমবু নোংদম্বীয়ো

হে খোইয়ুম তাইবঙ থবাই য়াইবিনা সিংগুমখিবা
অসিগী ফিরোই থৌদোক লোম্লে। মীপোক য়াইফবা
অনৌবা লাংওল য়েন্নিং লৈহুন তম্বীরো নদাইরেম
ঐনা হৈরাং পুংগা থোল লৈরাং পুংগা থোলনা
ঙমজবা খরদং কচ্চরি থৌজাল লনকুবিয়ো হাউং হায়েং।।

মথক্কি মিংখৈ অসি সোল্লগা তাংবল ফম্বালগী মমাংদা লাকোই লা ৭/৯ লৈনচিংবা কৎকনি। থাজ অনি অসি খুরুম্না থৌনিবা লোইরবদি থৌদোক মতোন লোম্লে অরোইবদা অতাইরোন মিংখৈ সোন্দুনা তাইগনি। তাংবল ফম্বাল মমাংদা মৈরা কৎকনি মতাংসিদা ফিরোই কুমওন লোইরে খৈরে।

## চোং সেকপিন ফিরাল থকখন কৎপগী থৌনিরোলঃ

কৎলিবা অদুগী মখোংদা - হৈরুক অমা ক্কা লকোই ১ তরেৎকী সেঞ্জা ১ লফোই লফাং চং থোকপা ১ হৈ মনম নাইবা হৈজাং ১ লৈসং, সনা লুপা কোনয়াই কৎকনি। মখোংদা মেংক্রুক থাওমৈ লৈনচিংবা কৎচরগা ইরাৎ থৌনিজগনি।

*থৌনিরোল মিংখৈ ঃ-*

হয়াহে হয়ি খোয়ুম লাইয়িংথৌ
চীংঙু নফমলাংদা নদাইরেম অসিনা
কপয়াং তয়াংগে ( কবোলাক- ময়াংলাক্কে )
ইপাথোই - ইপুথোইগে, অহোং অচাওবা
ঙসি লোইদাম থাজ ( মেরাগী ) ṅিমাং
( ৭ ) নি পানবা কোরৌ ( ইরাই ) নুমিৎকী ।
য়াইফ পুংফম অসিদা য়েক সলাই ( মঙাং )দা
পোক্চবা নদাইরেম ( পা পি )না চিংঙু সিদবদা
য়াইফা থৌরমগী (কৎলিবা পোৎকী মমিং পনগনি)
কৎচরি। তাওজিং হৈরাং মসুংনে- তরেৎকী সেঞ্জা
সিঙেল লৈরাং পুংগা থোন্না লৈরাং খয়োম
সানা চীংঙু মফমলাংদা কৎচরি হাউং হায়েং।।

মথক্কী মিংখৈরেল অসি সোল্লগা চোং সেকপিন অদুগী মখোংদা লৈনচিংবা কৎকনি।

২/ হে পাফল নামুংবা মার উরিন
সম্বোং সেলুংবা অখোম সিংউৎয়েন

সম্থোং আইময়েন নারবসু সিদয়েন
সিরবসু পুমনবা চাখাবয়েন
মোরি সম্থোই চিংদা পানবা য়েনবু
সিংঙেন লৈরাং লৈপুম চয়োম সানা
চীংঙু মফমলাংদা সিংঙেল লৈচিন্নরমগে
থৌজাল লনকুবীয়ু হাউং হায়েং ॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা চোং - সেকপিন মখোংদা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিগনি।

কুমওনগী থৌ ফিরোইগী ওইনা কৎচবা ওইরবদি মখাগী ৱাহৈ অসুম্‌ অমুক হায়দুনা চোং - সেকপিন মখোংদা লৈ কৎকনি। সনা লুপা কোনয়াই কৎনা ( মিং ) হাপনা থৌনিগনি॥

ৱাহৈদি ঃ-

হাকুম কুমজাগী ( থা ) থাংজগী মাকমৈ ( ) নি পানবা কোরৌ ( ইরাই )
নুমিত্তা নোংগাখিবা মহাক্কী, কুমসি চহীগী ( থা ) গী মাকমৈ ( ২০ ) নি
পানবা ( ইরাই ) নুমিৎ অসিদা কুমওন ইরাৎ থৌনিজবা অসিদা চীংঙু
নোংথৌ সোরারেল অৱাং পাখং য়োইরেনবা কোরৌ থংবা নোংনিংথৌ
চীংঙু মিংয়েং পনচুম্বা কসা মনোংথৌ সিদবগী মফম লাংদা
হৈরাং লৈরাং খয়োম চোংদম পুন পাউকৎচববু চীংঙু য়াইবীরেল
*সিদবনা লৈরাং লৈনম, হৈগী হৈসক খঙনা চিন্দম্নবীয়ু লৈগী লৈসক*
খঙনা লৈচিন্নবীয়ু নদাইরেম্না চরৈ ঙক্তা য়েৎ মালেম লৈদা তানা
কোংয়াং চৈসু তাবগুম চীংঙু নফমদা থৌনিজরি হে লাইয়িংথৌ
থৌজাল লনকুবীয়ু হাউং হায়েং॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা চোংখোংদা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি। অতাইরোল সোন্দুনা থৌনি মতোল লোমগনি।নিংসা স্বোরগী খোঙচৎ য়েংনা উরেপ তমগনি। মেন উরেপ তম্বদা চৎনরিবা চৎনা পথাপ অদুগা চপ মান্নে॥ খৈরে॥

# তিলমু লাইমু খাইরকপা থৌনিরোল

হে ইবুংঙো পোলোই নিংথৌ হঞ্জবা। নংনা পুরিবা পোইরৈ লৈসাংখোং লমদম লমনুংসি। সনা কংলৈপুং ময়োল কংলা ৯ না লৈতেংবা, মৈতৈ লৈবাক্কী লাইতিনকোন চিংখোং চিংয়াদা লোইজিং লোইয়াদা । পোইরৈ অতাম্বদা লৈরিবা নপারী নমোম অমদি নসাগী নসা লাংওন সিংগী মফমদা, তিলমু ফত্তবা তিলজা ফত্তবা লাইচা ফত্তবা খিবিকপু ওইরিবা ঈসিং মনু নুংসিৎ মনু মৈ মনু মনু ১০৮ মক খুরক্কী ঈ না লাইসাবসু পুম্নমক সুপ্না তাইনা খোমজিনবীদুনা খাগী হাওরৈ পাংনা হোই হোই লাওনা হোইথবীখিবনা খানা চাওবা ৱাংব্রেলগী মসুমাংদা ফত্ত- হাওদি খিবিক চাগে হায়দুনা পাম্বা কৈবী কৈরেল মতৈ মনাও  ম্মা মপা অনিনা মখয়াৎ লাওনা কাদুনা লৈরিবা অদুদা হোইজিন্দুনা মথিক মথা থন্না পীজবীরম্লগা মখয়াৎতগী চোথ পাথরকপসিংদুনা হুৎতং ঙানা হুৎপা হুৎতা হুৎ চিংনুং হুত্তা খুম্বী নুংথোং চিংতিংলবী নাওথিংচা লিকলু তরংঙা কৌবা ইবুংঙো লৈনুং তাংগ্রা সনসনহনবা  নহাক্লা তাওথহনবীখিদুনা কোংগোল ইরিক তাকপগুম তাকহনবীবসে। অফবা নুংঙাইবা কপয়াংবা তময়াংবা য়াইবী থৱাই মীরেন মিংচৎ হামফোইদবা খিবিকপু সাকৎ পীরক্কুনা (চহী চা কয়াগী মমাংদগী লোইবু থাকখিবা কংলৈগী খোইয়ুম খোইমোম চিংঙু মতিক ওইবাসিংবু সাকৎপীরক্কুনা) থোংগী নাতৈবু থিংবীরমসেঃ- থাংজ ইরাই সগোলসেল য়ুমসাকৈসা লৈবাকপোকপা নিংথৌকাবা নোংমাইজিং চিং চিংলবনি। কোমাই থিং কোমাই হাং কোমাই থিং থিং থিংঙবনি।। সাইবনা পোরোল লোল্লে লাংবোম্না খোংফৈ খারে।

সোগী সোরোলসুং লোংলবনে। সো ক্রেক সোরোল ক্রেক চিংঙু মিংলেন মেক্রুক অফবা নুংঙাইবা কময়াংবা তময়াংবা হি য়াই ওইবা থৱাই মিরেলসিং হামচৎ হামফোইনরোইদবা খিবিকপু "হে ইবুংঙো কোঞ্জিন তুথোকপা নুংসিৎ নুংলেন খাম্বা লৈকু লৈরাই থিলগাইবা তেরাও খোম ঙাক্রিক চোইবা পে চেৎ সাখোম থেংগৌ হৈবা মীওন থোক্লা লাংওনবা পুরৈ নোংদ্রেলবা তিল্লি সনা তরেং তরেংবা খুহিং খু তরং তরংবা ইবুংঙো নহাক্লা অফবা নুংঙাইবা কময়াংবা তময়াংবা থৱাই মিরেল হামচৎতবা । হি য়াই ওইবা খিবিকপু হোই হোই লাওনা হোইগৎপীরক্কুনা অৱাং কৌব্রু অসুপ্পগী কংলৈ মসুমাং সনাকংলা পুংময়োন্দা । হে লাইনিংথৌ সনা কোফুরেলদা কোনবীরসে। চেংঙা চেংঙা

ইচেংঙা । চেংলৈনা তরেং তরেংবা নানম্মা কাং অহিংবা মনম নম্বা লৈসৌপুংনা সৌবগুম সৌবীয়ু লৈঙোইনা হাবগুম হাবীয়ু ইবুংঙো।

*ইমোইনু মিংখৈ ঃ-* হুং পোকপী হুং পোকপী তু তকুপ তকুপ হাওকুপ হাওকুপ লৈহিপু তরেং চিং হিং থুপ থুপ । লৈ হিপু তরেং চিং হিং থুপ থুপ লাইওলাং তনৌবা।। ইমোইনু অহোং অচাওবী নহাক্না তরা চনিং খাক্না য়েনসৌবীয়ো।।

হে ইবুংঙো চিংখৈ য়াইফু নিংথৌ ইবুংঙো নহাক্না সনাখোঙ লেংঙক্কুনা হি য়াই পুম্নমক নপাবি নমোম অমদি নসাগী নসা লাংওনগী । মুনু য়ুমথোং খুদিংগী অচান মিরাই নাইদ্না য়েনথোকপীয়ো। য়েনথোকপীরে হায়গনি। থব্রাই মিরেল মিংচৎ হামফোইনদবসু নমু তাইবং ওইনা নপারি নমোম অমদি নসাগী নসা লাংওনগী উনবী চনিং ফানা থম্বীয়ো কাইনয়েন মরাই তাদবা কাওরেল সন মরাই তাদবা লোইবী ফৌ মরাই তাদবা ওকলাই মরাই তাদবা সংগোল ওককোন থনবা পীনবিরম্মু হাউং হায়েং।।

## নোংপোক মাইকৈ তাইবা

নোংপোক মালং হুমমোইবা নংনা খুরিবা পোইরৈ লৈসাংখোং লমদম লমনুংসি সনা কংলৈপুং ময়োল কংলা মাপলনা লৈতেংবা মৈতৈ লৈবাক্কী লাইতিন কোন চিংখোং চিংয়াদা লোইজিং লোইয়াদা পোইরৈ অতাম্বদা লৈরিবা নপারি নমোম অমদি নসাগী নসা লাংওনসিংগী মফমদা তিলমু ফত্তবা তিনচা ফত্তবা লাইচা ফত্তবা খিবিকপু ওইরিবা ব্রাখা তাবা ভুত প্লেট যৈখ্যা লৈখ্যা পুম্নমক সুপ্না তাইনা খোমজিনবীদুনা নোংপোক থোং ঙাকইবী কুন্দো লাইরেম্বী মরমখৈ য়ৌরগা মাগী মাগী পোইরৈ লমদম য়ৌনা হলব্রাইবীরম্নগা অফবা নুংঙাইবা কপয়াংবা তময়াংবা পুন্সি নুংসাংবা পুম্ববু সাকৎপীরক্লগা থোংগী নাতৈ মক্তবু থিংবীরম্নসে।

*থোংলোন মিংখৈ ঃ-*থাংজ ইরাই সগোলসেল য়ুমসাকৈসা লৈবাকপোকপা নিংথৌকাবা নোংমাইজিং । কুমাই হাং কুমাই থিং থিংলবনে। অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পগী মসুমাং অসিদা হি য়াই পুম্নমক সুপ্না তাইনা থম্বীয়ো হে লাইনিংথৌ মালং হুমোইবা ।।

# নোংচুপ মাইকৈ তাইবা

থৌদু নুংপাক থক্তা ফল্লীবা লুমাং সম্বুল মাংইন তল্লিবা লিচৈ তুবাল সুবিবা কৈনৌ ৱায়েল ৱাচুম খাইরিবা হে ইবুংঙো নহাক্না তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা মী মনু ঈসিং মনু নুংসিংকী মনু যৈখ্যা লৈখ্যা পুম্নমক হোই হোই লাওনা নোংচুপ থোংবু ঙাক্লিবা লোয়ারাকপা মরমখৈদগী মাগী মাগী পোইরৈ লমদম য়ৌনা হনৱাইরসে। হুং ঙারং ঙাবং তিক ।। অফবা নুংঙাইবা হি য়াই ওইবা পুক্সিং নুংসাংবা ক পয়াংবা তময়াংবা কমথোল কাগদবা খিপিকপু সাগৎপীরক্লগা থোংগী নাতৈসু থিংঙবনি। থাংজ ইৱাই সগোলসেল য়ুমসাকৈসা লৈবাকপোকপা নিংথৌকাবা নোংমাইজিং কুমাই হাং কুমাই থিংলবনে।।। সগুন থোংসু থিংলবনি। হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা হয়ি সিদবা খৈবে।। ■

# মৈতৈনা চহীগী ইরাৎকদবা থা অমসুং নুমিৎসিং

| | থৌরম | থাবান | নুমিৎ |
|---|---|---|---|
| ১ | চৈরাওবা | সজিফু | ১ |
| ২ | খুমনয়েক ইরাৎ থৌনি | ” | ১৫ |
| ৩ | নোংদোল লাই ইরাৎপা | ” | ৩০ |
| ৪ | পাখংবা চেংহোংবা ইরাৎ | কালেন | ৫ |
| ৫ | খা ঙানবা য়েক্কী ইরাৎ | ” | ১০ |
| ৬ | মঙাং য়েক্কী ইরাৎ | ইঙা | ১৫ |
| ৭ | ইঙেন কুমখাইবা ইরাৎ | ইঙেন | ইরাই |
| ৮ | অঙোম য়েৎকক্কী ইরাৎ | ” | ১২ |
| ৯ | লাইনিংথৌ ইসিং চাইবা | থৱান | ১৫ |
| ১০ | হৈক্রু হিদোংবা ইরাৎ | লাংবল | ১১ |
| | ফুঙ্গা অপোকপা | ” | ১৫ |
| ১২ | কামপি ইরাৎ | ” | ২৫ |
| ১৩ | চাওরেল হৌবা ইরাৎ | মেরা | ১ |
| ১৪ | লাংচিংনুবী ইরাৎ | ” | ৮ |
| ১৫ | ক্বাক তানবা ইরাৎ | ” | ১০ |
| ১৬ | মেরা মেন তোংবা | ” | ১৫ |
| ১৭ | ফুরুম থাংকোন ইরাৎ | হিয়াঙ্গৈ | ১ |
| ১৮ | নিঙোল চাক্কৌবা ইরাৎ | ” | ২ |
| ১৯ | ফৌওইবী ইরাৎ | পোইনুগী মতম- | - |
| ২০ | সনামহী ইরাৎ | ৱাকচিং | ১১ |
| ২১ | লুৱাং য়েক অমসুং ইমোইনু ইরাৎ | ” | ১২ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২২ | মহৈগী লাইরেন্বী ইরাৎ | ফাইরেল | ৫ |
| ২৩ | সরাং লৈসাংথেম য়েক ১সুং লৈনুং খরোবা ইরাৎ | ” | ২৬ |
| ২৪ | কুরাক লংদাইবা | লমতাগী থাংজ অহানবা | - |
| ২৫ | মোইরাং য়েক ইরাৎ | লমতা | ১: |
| ২৬ | ঔক্রি লিরোল ইরাৎ | ” | ১' |
| ২৭ | চিঙ্গোই ইরাৎ | ” | ২। |

মৈতৈনা চহী অমগী মনুংদা ইরাৎ থৌনিগদবা নুমিৎ থাসিংদা চিংঙু লাই অসিদা চেৎনা থৌনিরবদি পুন্সি নুংসাংই লোয়ননা লৈবাক্কী য়াইফবা ওইবত ইরৈপাকচাসিংনা মথৌ মসক খঙনা ইপানাৎ-ইপুনাৎকী লিক্লম মসক খঙব অদুমক্লি অসিদা তাংকক অমা খৈরে।

অইবা ঃ-

তোঞ্জাও মৈদিংঙু

য়াংজিং তেকচম লৈকাই , মৈদিংঙু লৈরক।



## নৈনখিবা লাইরিকসিং

- ১। লাই হরাওবা লাইসোল
- ২। পুৱারি খাবী থিরেল থৌনিরোল
- ৪। লৈমরেল মিংখৈ।
- ৫। ইমোইনু

---

## অইবগী ফোঙলবা লাইরিকসিং:

- লাইফমলেন হৈকং লৈকং ইরাং থৌনি লিক্লম
- ৱাংব্রেল ফম্বাল কাবা
- ইপা ইপু পুরোল
- থুমখোং লাইরেম্বী লাইকোল
- পুয়া মৈহৌবা
- ৱাংজিং ইনিংথৌ উমংলাই হরাওবা (২সুবা সরুক)

---

## লাইরিক ফংফম:

-রাজেস বুক ষ্টোর, ইম্ফাল

অইবগীদা।

অতৈদসু ফংবিগনি

মমলঃ লুপা ৩৫